# ঙমখৈ অমগী চিদাইদা

(১৯৭৩ - ১৯৯৭)

বি এস রাজকুমার

'রাজকঁৱর'



রাজ পব্লিকেসন্স

**Ngamkhei Amagi Chidaida (A Corner by the Horizon)**

*a collection of fifty-one Manipuri poems by B. S. Rajkumar (Rajkumar Brojendra Singh) published 1998 by Raj Publications, Maibam Chingmang, Nambol, Manipur, Pin Code - 795 134.*



ফোঙবা চহী : ১৯৯৮

অফোঙবা : রাজ পব্লিকেসনগীদমক্তা শ্রীরাজকুমার সনাতোম্বনা পুথোকপা



মথুমগী মওং : কে. দেবান শর্মা



ময়েক নম্বা : টিঐচ. অজিৎ সিংহ

[illegible] চনখৎপা : পিঐচ. রাজেশ্বর শর্মা

[illegible]মল : লুপা ৬০/-



লাইব্রিক অসিদা
ৱাওরিবা শৈরেংশিং অসি
লনাই নৈনবগী, থিজিন-হমজীনবগী,
আলোচনাগী থবক্তা শীজিন্নবথক নত্তনা
কপীরাইট পায়রিবগী অয়াবা য়াওদনা লনাই
শেম্দানবগী মওংদা শৈরেংগী শরুকশিং নত্রগা মপূম
ওইরবসু লৌথোকপা য়াদে অমসুং ছাপা নম্বগী অমদি
ইলেক্ট্রোনিক মেদিয়া য়াওনা মখুম অসি নত্তবা
মওং অমদা অয়াবা য়াওদনা হোংদোক-হোংজিন
তৌদুনা নমথোকপা, কপী তৌদুনা থমজিনবা
অতোপ্পদা শিন্নখিবা, য়েল্লেকপা-চাইথোকপা
য়াদে হায়বা খঙহন্নরি। দরকার লৈরবদি
অইবগী নত্রগা অফোঙবগী
অয়াবা লৌবিয়ু।

নমখম : পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজড), পাওনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

# য়াওরিবশিং

# ৱাহৈ খরদং

ঐহাক্কী ১৯৯৩ দা পুথোকখিবা শৈরেংগী লাইরিক থাপলবা লমদম কয়াদা হায়বদুদা হাপথৈদবা শৈরেং খরা মতম কুইরবসি ফোঙনীংদুনা অসুম লাকখি। অমরোমদা মণিপুরী সাহিত্যাগী হৌজিক ওইরিবা অপাবদগী অইবনা মশীং হেনবদৌনা তৌরকপগী ফীবমসিদা অমুকসু তম্থরকখি। শৈরেংবু কনানা পাবিগদৌরিবনো, তত্তনা হংজরিবা ৱাহংনি। শৈরেংগী লাইরিক য়াম্না পুথোকপা মণিপুরদা শৈরেংগী মতাংদা নৈনবগী ইরাং অমদি ইৱাং-ৱাংপগুম অসুম তৌই। অপাবসু ওয়েক্লা মশীং য়ামদে। কনানা পাগদৌরিবনো, কনানা নৈনগদৌরিবনো – খনফম খঙদে। ফোঙদবনবু ফরদরা হায়বা য়ৌনা খনত্রবনি। অদুনা অসুক কুইবসি খাঙলকই। অহানবগী শৈরেং লাইরিক ফাওবদা পাবিনবা মী নৈখিদ্রবদা হন্দকীসিনা করিবু কাম্লগদৌরিবা খন্দবা ঙমখিদে। সীমসু খল্লকই, ঐখোয় মৈতৈসি ময়েক শেংনা হায়বা অদুতনা খরা হেন্রা পাম্বগুম তৌরা? থুম য়াক্লা চাবা, মোরোক শানা মেংপা, হৈ অশিনবনা হাউবা। ওইবা য়াই, অদুগা খরসু হোংদোকপা, য়াম্না হোংদোকপদি নত্তবা। ওইনিংবমখৈ ওইরসনু। অহানবগী শৈরেংদা ৱাখলদা য়ুম্ফম ওইবা, মরী লৈনহন্দনা মরী লৈনহন্দুনা পুনশীন্নগা *মল্টি-ইফেক্ট* অমগা লোয়ননা শৈরেংগী অপুনবা ইম্পেক্ত অমা পীনবা হোৎনখিবা অরেম্বা তারমাম্লে খল্লকখি। অরুবা শৈরেংনি হায়রগা অসুম্বক লোইশিনত্রে। রেপসদি ওইনা খরা অমদি ইখিবনি। অপাবগা ঙাওমীত্রদুনা তোকত্রমাম্লে।

অদুবু তুমীন লৈবদি ঙমদে। ইদবা ঙত্রক্তে, হায়দনা লৈবা, ফোঙদোক্তনা লৈথোকপা হেক্তা য়ারক্তে। হায়নীংলকই, নাকোং অনীদা ওইরবসু তাহন্নীংলকই – ঐনা করি খল্লিবা, ঐনা করি ফাওরিবা। ঐগী ৱাখলদা শৈরেংদি মতমগী লমায়দা নীংশিং-থৃৎয়েক থম্বনি, অনৌবা ৱাহন্নোক পীদুনা – লনাইগী, মীয়ামগী অমসুং তেংবানবগী। ৱাখলগী অকক্লবা মায়ওন অমতনা, হায়বদি মখল অমখক্তগী শৈরেং ইবনা ঙাক্তসু ওইবা য়ারক্তে। মীওইবনা হোংলিবমখৈ শৈরেংসু হোংই। মীওইবগী

অহোংবদা ইশামক য়াওজবা অসি ঐগী লাইনিংনি। মদুদা অনৌবা লম্বী, মঙাল থোরকপসু য়াই। হেক্রা লাইবক ফবনি। মরমদি মতাং অসিদা চুম্নগী নীংশিং-খুৎয়েক অমা থম্বতা নত্তনা শৈরেংনা মখৌ অমা ওইনা মপুক্কথোকী রায়োল কয়াসু খুৎয়েক অদুগী মনুং চনশিন্না থম্না য়াই। তশেংবমক শৈরেংগী থৌপাংসি য়াম্না চাউই। মতম অমসুং রাখল অনীগী শাফুদগী শৈরেং থোরকপদা করিসু ঙক্লীংঙাই ওইদে। তৌবদদি প্রোপগন্দাদা য়ুম্ফম ওইদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা ইবা শৈরেংদি লীক্রম অমতদা চংপা শৈরেং ওইনা তৌই হায়নীংই।

অহানবদা মণিপুরগী মরমদা হকথেংননা ইবা শৈরেংশিং ঙাক্তা ওইনা পুথোকসিরা হায়না খল্লুই। মথল অসিগী শৈরেংশিং অসি য়াওফম তাকপদা পীরিবা অহুমগুবা য়ুংথবা পরেংগী শৈরেং মথলশিং অসিনি। রাখল থম্বনি, পাউ ফাওননবা হোংনবনি। হায়রিবা শৈরেংশিং অসিতগী ওইবা লাইরিক অমা শাগৎপা মতমদা থোইনা চাউদবা লাইরিক অমা ওইবা তাবদগী খরদং নত্তনা ১৯৯৭ ফাওবদা ইখিবা শৈরেং মখে হাপচিল্লে। নুরিবদি লাইরিক নম্বসি অয়াম্বা থবক নত্তে, মরুওইনা শৈরেংগী। পানিংনা পাবিবা কনাগুম্বা য়াওবিরবদি হোংনজমন মখৈ অসুম্নক য়াঙ্গরে।

*মাইবম চীংমাঙ*
*৩০ মার্চ ১৯৯৮*

*বি এস রাজকুমার*

# থাগৎচবা

মথাদা পীজরিবা শৈরেংশিংসি হন্নবা চেকোঙ অতৈদা ফোঙখরে। অমুক হন্না ফোঙদোকপা য়াহনবিবশীদমক মরী লৈনবশিংগী মফমদা থাগৎচবা ফোঙদোকচরী।

শেংলবা নুংজাও (লাঃ ৪), পাওনা য়াংবী (লাঃ ২৪), রাকচীংগী নোং (লাঃ ২৮), নোংঙান ঈশৈ (লাঃ ৩০), রিভোল্যুসন (লাঃ ৩৫) —*খৌগল*, ১/১ এপ্রিল, ১৯৯৩, সাহিত্য খৌগল মরূপ, নম্বোল

লংদাই (লাঃ ৩৭) — *সাহিত্যগী পাউ*, মে - জুলাই, ১৯৯৩ ভোঃ ৪, ১৪ শুবা মশীং, রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

মালং পাউজেল (লাঃ ৪৬) — *থম্বালনু*, ২/২ অহানবা চহী, ডিসেম্বর ১৯৯৩, য়াইরিপোক থম্বালনু সাহিত্য মরূপ, য়াইরিপোক

সীসু খাঙদুনা লাক্রে ঐখোয় (লাঃ ২২) — *খৌগল*, ১/২ - ৩, এপ্রিল ১৯৯৪, সাহিত্য খৌগল মরূপ, নম্বোল

য়ুমদগী পাউ (লাঃ ৭) — *সাহিত্য*, ৯০-৯৩শুবা মশীং, ২৫শুবা ভোল্যুম, ফেব্রুৱারী, ১৯৯৫, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

গোন্দলা অমসুং কোক্কী লৌখোংশিং (লাঃ ৭৬) — *ঋতু*, ৯৫শুবা মশীং, ৩৫শুবা চহী, জুন ১৯৯৫, দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর

রায়েন (লাঃ ৭৮) — *সনথোঙ*, জুলাই ১৯৯৬ প্রিয়দর্শিনী বুক ট্রষ্ট, খুরাই কোন্দম লৈকাই, ইম্ফাল

# ফোওদোকপা

হে মালেম, ঐঙোন্দা পীয়ু
মচু অদু মীৎয়েংগী
অথুকপা মরুমদা অহাঙবা অরোইবগী
শক্তম অদু য়েক্লনবা।

ঙসিগী অহীং য়াম্না শেংই,
মায়কৈপুম্বা পুন্না ঙাল্লি —
চাংয়েংলবা পুক্নীংগী অপাম্বসি
পুরক্লে নৌথৈননা মতমগী কায়নবনা

পুরোহিৎ য়াওদ্রবা থবায়গী যজ্ঞগী
মায়থীরদুনা শিথরবা মৈরীদগী
মীচং লৈজদবা লোম্লোক্তবা ইতিহাসকী
উফুল তৈরবা লামায় লীশীংদগী।

মশীং লাকওমদ্রবা থবানমিচাক কয়া
অতিয়াদা ঙাল্লি কুফেৎ-কাফেৎ
কুংনা থারবা অমম্বগী লৈরোলনা
লোৎখি অঙানবদা মশাগী মমি।

'মঙালগী মমি, অহীং
অশিবগী মমি, পুন্নীনি'

মমিগী মমিদি লেপ্তবনি
ইশাগী ইমিদি, অহাঙবনি।

চুম্মী, মখোয়বু মশক খঙলুদ্রে,
মসিস্‌ কংথরবা থবায়গী নীংঙমদবা অমনি;
খোমজীন্নবসু সংসারগী লৌশিং পুম্না
ঐগীদি ওইরবনি উমংলাইগী লাইফাও।

মালেমথক্তা তারিবা খোঙ্গুলগী মপৈ,
য়েক্কুনা থন্নগা অকাউবগী অহাঙবদা
লৈত্রবা শকফমদুদা ঐহাক্না হঙ্গে
অহাঙবদা তুমশিন্নক্লিবা অশিবা মশাগুম।

শৈশকপনি ঐহাক্তি হিংলিবা আশাগী
মচুগী মঙলান্দা লুপলিবা লাইয়েকপগী
পেনবা নাইদ্রবা অপাম্বগী মিরেলদা
থেংনবা লান্দু নত্তে শেমগৎপগা মঙলাক্লদুনা।

পাক্লবা অতিয়াগী মমি অঙকপা ফংলবসু
উবা ফংই পীক্লবা মিংশেন্দা—
শেমগৎপদি থৌদোক্কী মমিনি
থম্মোয়গী অশেংবা মশক্তি ফোঙদোকপনি। ▢

*(৯ ডিসেম্বর, ১৯৭৩)*

# অচিকপগী লাইশিং

থম্মোয়গী অচিকপসে
কনাগী থম্মোয়দসু য়ৈদরে।
অদুবু নহাক্কী শেংলবা মীকৌবুদি
ঐহাক্তনা খঙবনি —
থেংনজরগা ঐনা মদুবু
মাঙজখিসনু অচিকপসি।

করিনো খঙবরা অচিকপসে মহৌশাগী
অদুগা মচু তৈরবা অহীংশিংসে
নাইতোম্লবগী লৌরোকথানা?
য়ানবা য়ানদবা
খঙবা নত্ত্রগা খঙদবা,
পরৈ চেৎলবা নাইতোম্লবগী অৱাবসিগী মরমদি
ঐগী পুন্সীগী খোঙলোয়শিং অসিনা
চৈনাখোল ফাওদবনি নাইতোম অচিকপগী থম্মোয়দ

তাখো নহাকসু!
নঙগী নৈরিবা অমসুং ঐগী নৈরিবা
অনীসিগী ৱাকৎনীংঙাই নৈতবনি ঐঙোন্দা।
অসুম্না, থম্মোয়গী অচিকপসি পুদুনা
যুগশিং অসি লাম্লকপদা
খাঙলক্লবনি ঐদি মসিবু
লোয়নজরক্লবা ইহৌশাগা লোয়ননা। ▢

*(১৯৭৫)*

# শেংলবা নুংজাও

চীংদোনশিংসিগী মরুমদা
উরেবাক্তা হিংজরি
শেংল' নুংজাওশিং মরক্তা। ◻

(৩ মার্চ ১৯৭৭)

## রাকং পরেংশিং

থাজবা লোংশীন্দুনা ইশাগী
অহায়বা পোংলুম থোক্লিবরা
মীনমজরবা অহাবগী?
পূনশীল্লকপনা লৌনত্রবরা
থম্মোয়গী মায়থোঙশিবু
তাইশিন্নবগী অহাঙবা লম্পাকশিবু?
কথোকপগী মৈফমদা চাকহল্লিবরা
লাঙল্লবা নয়োম্পগী চোংথংলকপা
থাইদোকত্রবা ইনথংলকপা?

মীথাপোন্দবা, ঙাকশেনবা মথকথোংবগী
হরাউরবা হিংবদা
শিথিনবা অরংবা মায়পৈদা মঙানগী
থম্রবদাই অপূনবা নোক্রক্লুগী
তুংনকম শকম অমা লিরবা শৈয়োনগী
মরম্রাই থোক্লকী?
অশিবা মায়থৈ হোংলবা
য়েংলুবা খুদীংমজন চেক্লবা।

নৌরবা মীংকুপ
অহাবা থোঙাংনা হুপ্রবরা,
থৈদোকত্রবা হৌফম

ঙমখৈ অমগী চিদাইদা উরিবরা,
মশাগী ওইরিবদু থাদোকপদা
নাইতোম লৈরিবা খঙডিরবরা,
অনৌবা মায়গৈ শন্দোরকপদা
মীপাল তাংবদগী তুকথরিবা উদ্রবরা?

পুক্নীংদা পুদুনা অশিবা রাখল
ফোঙদোক্লবা অকংবা থাজবা থরা
অমম্বা কাখুগী অচিকপা মনুংদা
চেম্বরিবা হুমাং মীনম্রবরা,
শাজংনা মথেক নাইবগী
য়েংশীল্লবরা নীংথায়রক্লবা খুদীংদা?

লৈবাক কাঙলুপ
খুম্রাই লৈকায় মীকোক
তাথরক্লবা নুংশিৎ
মূখরক্লবা মৈফম
ফীবম শেমদ্রবা মায়োক্লবগী
খিন্দুনা শদোং মপৈ
অরেম্বদা লোইশিন্নবগী
কংহল্লিবরা মথুত্তা
মচেৎ তারবা হোৎনবা? ❑

(১৫ জনুয়ারী, ১৯৭৮)

# য়ুমদগী পাউ

ঐগী রাখলগী চেনাশিং
ইচাই চাইরি লৈমায়দা,
অকনবা নোংলৈনা হুন্নকপদা
ঐগী তামহৌরবা খোয়রী-লীনশাংদুদগী।

মতম থরা লৈরুবনি
লৌশিং মাঙবগুম অকাউবদা
অনৌবা তাইবংগী পুন্সীদা,
তুংগী থৌরাং তৌরদুনা।

উখিবরনে ঐবু মফম অমা
শক্তমশিংনা থন্না তারবা
মওং-মরিল নাইদনা,
থবানমিচাকশিংগুম, অদুবু মুশিবা
খোঙ্খাংশিংগুম, অদুবু মিরবা!

অদুবু ফাওরকখিবদাই ঐঙোন্দা
চেপ্পি-চোংলিবা পুন্নমক
ঐতগী নত্তে তুংনফম মাগীসুনি
তান্না রাংনা মুসিনা উরিবা।

লাইফাও ফাওগদবদি রাৎলীবনি

গুইবদি গুইনরি খুদীংমক
পুসীদি শাংনা গুইবনি,
নুমিৎ খুদীংমক্কি গুইরিবা
মসিনা ওইরবগী রাখলদা।

ইয়ুম মায়কৈদগী নুংশিৎনা
পুরকলি অরাবা মপাউবু
মখোয় কপলি গুসিসু,
পোষ্ট কার্ড অমতং থারকউ সেন্যোর চে
মায়গী লেপখিবরা নহাকপু নোংলৈসে। □

সাগর, মধ্যপ্রদেশ
(১৯৭৮)

# মীৎকুপ অমগী থরায়নুং

থেংনখি নোংমা চীংলৈবাক্তা
হীকথরবা চোকথরবা তমগী অহল
মহুরক্রবা য়ুমজাও অমা।
তাইবং মীরক্তা তিন্নিংদ্রবগুম
পাম খাঙপোক্তা হিংলম্মী নাইতোম
হুমাংনা লঙজখিবা চাম্বগুম।
চৎলিব্রা খোঙবুগী মরক্তা
খঙনবা কনা য়াওরম্মী
নুংশি নুংশিনা কৌনখি।
হন্নসি কুন্নসি তম্পাক্তা
হৌখিবা পুম্বা হৌখরে
ইতিহাসকী চেনা ওইখরে।
য়ারকপা কৌবা লৈখিদ্রে
অসুম লোইগে খনপ্রমাল্লে
নোক্লা পিরাং শীঙ্খহৌই।
অহল ওইরবা মহাক্তো
পত্তুনা মাঙখিনি চিংনখিদ্রে
চাক্তুনা হিংহৌই নুংশি-নীংঙমদবনা।
তাইবং ওইনা পোক্রবা
নুংশিবগী খোঙচৎ তম্লক্কনি
নোংমদি শোয়দনা লৈরোল্লুংদা।
লৈরোম্না তাম্ব্রা পীরকপদা

লেঙবা ঙমখিদ্রবা ইংগীৎ কয়ানি
থঙ্মোয়দা ফুমদুনা চৎকদৌরিবা।
মৈরিকশিংদুনা হেক-হেক কাপথোকখিবনি
অমম্বনা কারন হুন্নগা চেৎনা শাগৎলক্রুবা
অহীংগী, মন্ড-হাগী থৌদোকশিং।
মতুং ইঙ্গরুবা অহলনা
কোন্না তপ্না লীরকই
পিরাংগী অর্থ খঙলকই।
থাবল মুশিবা অহীংদা
লম্লক্তা শামীৎ লংলকপঙম
শ্বাই শ্বাই লাউরকপা মীৎকুপকুম।
নুংশিজখি মচম্পো ঈগী মরী থোক্রুবা
অমত্তা ওইযু তমখিদ্রবী
চৎনবীনা পল্লোন খাগ্রবী।
থরায় থামীল্লসি ব্লাশক্রখি
মঙালদা নুংশিনা শান্নজরম্বা
মমগুক্রুবা থাবলদা তরু-তরু নীংথিজখিবদো।
অকনবা হায়দু নীপানি
নখুত্তা হান্ত্রা লান্নগে
নঙসু ইতুং ইল্লকউকো।
মথরায় থাকহৌবনি মহাক্তি
থবক পাঙথোকলুরবা তুংদুদা
মশাবু হাৎপা ঙমজদ্রবদা।
তুজুংলবা মীৎকুপ্পু ফমজীনখি
মুখৎপা ঙমদ্রবা খূৎহক্তা
মুশিবা থাবল অমুবা ঈথেং।
থাঙবা ঙমদ্রবা থরায় পু

ময়ূম মায়কৈ লংশেক্রম
লম্নক্তা লেম্নবা লমজেনখি।
মাগী মতুংবু চীংলৈবাক্তা ইম্নরুই
ফাওমীন্নখি ইবুক্তা ঈহৈরকপা ঈথকশিং
মমি শামিরবা কোক্তুদা খঙহৌদবা মীৎকুপ্তা।
খঙহন্নীংদ্রবা করিগুম্বা অরুবা মতাং অমদা
থোঙজিন মখোল থোক্লকপগুম
হিংনা হিংনা নীংশিংলকপা খংপ্রেক খংনা মরক্তা।
নীংঙমদনা হিংবগী মৈচাক্লা থল্লবশিংদুগী
পুন্সীদা, অনৌবা মপোক লাকপগী
পুন্সী ঈশৈ শক্লিবশিংগী।
মপান্থোংদনা অমনি, হরাউ-তয়াম্বা শারবসু
মরূপশিংদা অপনবা পীদনবা
মমীত্তগীদি লোম্না মপি তারকই।
কয়ারক কাউরুরবসু অমুক হেক্তা নীংশিংলকই
পন্দুপ পন্দুপশিংতনা মখোয়গী পুন্সী ওইরকই
মীৎকুপশিং অদুনা হিংবগী থরায় হাপ্পকই।
মরোল খঙদ্রবা মিহুল অমা
শেমগৎলকই পুন্সী চুপ্পা ফাওনবা
ময়েক শেংলবা অশেংবগী তাঙলবা মীৎকুপ অমমম্। □

*(মে, ১৯৭৯)*

# কাথেক্লবা মখাকশিং

মতমসি থল্লে অচুম্বতনা, অচুম্বা নীশীং তরা তরানা
মসা পান্দুনা পাইররি, শক্তম কয়া লৌদুনা
ঝাখলগী মপাল্লাইদ্রবা মালংদা, মচু কয়া থোক্লুনা।

ঐগী মণিপুর নহাক্কী লৈরোল চনখ্রবা থায়নগী
মীরোল কয়া কয়ানা নোংজা কয়া কয়াদা ঙাইরকপগী মখাক্তু
উবা ফংলি ঙসিসু শিগংনরবা মায়থোঙশিং অসিদা
পোখাবা লৈত্রবা মতমগী কল্লবা চৈফুগী মমিসু
উবা ফংলি ঙসি-কাথেক্লবা-মতমগী মখাকশিংসিদা।
অদুঙৈ লৈশল্লরিঙৈ মতমগী তনৌবা নুংশিংকী ঈথক্তি
ঙসিসু য়ৈররি অকংবা ঝাখলগী নাপোমশিংসিদা।

তন্দে-মান্দেরবা য়াংবীশিং তুম্লখিবা কুইরে তম্থনা
মদুদা থক্তা থল্লুরগা লৈরবদৌনা নুংঙাইবা।
থাঙ্গাল বাজার হৈনফাত্তি, নল্লক্লিবা অনৌবা পূন্সীসে
ঈংশিল্লকই য়াল্লা শল্দোকখি অসুম শীক্তুংনা
কৈশামথোংদগী খোয়াথোং ক্বাকৈথেলদগী সনাকৈথেল কৌব্রুদগী লোক্তাকফাও
অহীংগী লৈঙোয় সেক্তাসে কুপ্লী অহাঙবা কোক্লেং মকুশিংনা।

পোখারিবা উমং লাইয়ামশিং চোকথরবা মখোয়গী মাইবীশিং
হিংবগী পোৎলুম থাংবদা থৌচিল্লবা খুঞ্জাশিং,
মঙাল অমা উরকই, কাইনথংদা নোংপোক চীংখৈ লাকপগী।

অনৌবা নুমিৎসিনা পোক্লকপদা লাকখিবনি য়াশক অমা পুদুনা
লাক্তৌরিবা নুমিৎশিংগী ওইরদৌরিবা মতিক্কী
'ঙসিতনা অথোইবনি নুমিৎ পুন্নমক্কী মনুংদা'
ওইরবা য়াই ঙসিনা য়াশক মপূং ফাহনবিবা
নত্রগা মাঙ তাকপগী লাইবাউ পূবা নুমিৎ অমা।

লাক্তৌরিবা হয়েংবু থরায় অমুক হাপ্লবা
হিংলিবা ঙসিগা শান্নরি পুন্সীনা অকিবা কুপ্মৈ অমা
মতম অমদা লৈরম্বা ঐখোয়না থৌশাবিদ্রবা
নোংমসিগী মনুংদা আশা তৌনা হিংলম্মা
কাথেক্রবা মথাকশিং, নুমিত্তুগী মীয়ামশিং
খঙলম্বনি মখোয়সু মতমদুদা অচুম্বদু
মখোয়না ঙমজবা থৌদাংবু মতমগী লৌবুক্তা পাঙলম্বনি
কাওথোকপিরবসু ঙসিনা হৈরকফম ওইবা মখোয়বু
হিংলম্বনি মখোয়সু ঙসি ঐখোয়না হিংবঙুম। ▢

*(৩০ নবেম্বর, ১৯৮১-১৩ এপ্রিল, ১৯৮২)*

# মায়থোং অনী

(১)

## লমতা থাদা ইবা

সোমদা লাকউ শকখঙদবা
লমদমসে নত্তে অদুক হাক্লা অঙকপা
নহাক্কবু পান্নবগি মফমসে
নোংমদি লংনা ঙালহন্নবা য়াই
নাম্থোকফদ্রবা–চৈরাক্কী খোয়থুম্নরবা মঙালনা।

শকখঙদবনা খুন্নকখি – 'থোক্করনি শোয়দনা।'

(২)

## শজীবুদা ইবা

অথাপ্পদা তম্পাক্কী মীয়ামশিং
লৈথক লৈখা শম্নদ্রবা
থৌচিল্লি থৌগনদা নিংথৌগী
অমসুং মশাগী।
শকখঙদবনা চাউথোক্কবা মীৎফম্না
কোয়না থুংনা য়েংথখি
থকসু খাসু খোন্দুনা। উবা ফংলি মহাক্কা
ঈপাক অমা মমাঙদা

মায়কৈ কয়া কয়াদগী
মপূক চাকহুন তম্রিবা
তুরেল মচাশিংগা লোয়নবা।

অচৌবসু মচাদা মচাসু অচৌবদা
অমত্তা ওইনা পুন্নকই,
মশা মশা মরোমদোম মী ওইনা লেপ্লকই,
মশাগী মমল খঙলকই।

হৌজিক লেঙবা হৌরকই
ফাজীম্পুনা লৈরম্লবা যুগকী চক্র
মথা তারকপদদি তুংদা য়েংবা কৌবা লৈররোই
চেনখৎনরক্লনি মখোয় পুম্বা
খোম্লাউগা লোয়নবা মাঙ তম্রা। ❐

*(মার্চ – এপ্রিল, ১৯৮২)*

# মীৎকপ থোকপা

উৎপা তারবদি শৈরেংবু
শকখণ্ডদবা ব্রাহৈশিংনা
চেতনাগী মিংশেন্দা
করিগী তাইবংদা কাউহল্লি
মণ্ডলান্দা তশেংনা উখিবা ফাওখিবদো?

গঙ্গাদি গঙ্গানি, চেন্দুনা লৈখিনি
ঈনখৎলকপগী খরা, পূজাগী খরা।
তুমীন লৈরম্মী ঐহাক্তি য়েংদুনা
অচিকপগী অরুবা পুদুনা
সিংলী-নাউরি পুন্নমক্কী
মমিৎ লীশীং তরা পাণ্ডলদুনা
মোন্না নুংঙাইরবা লৈচিলগী
ঈপাক অমদা তাউদুনা।

মীৎকপ থোরকপদদি লৈরমদরে ইশাসে
মহাক্তা মণ্ডায়রম্রে হৌজিক্তি
ফোঙদোকপতনা শোন্নবা।
মহাক্কা তত্তনা ওৎলরী
মচু মচুগী কুরাক ওন
মেণ্ডলবা নুংশানা চাম্নবা
অশংবা অঙাঙবা লমহাঙদা
মচুলক্তা শান্নরি

অমুকসু মাঙখরি
মঙালগী তনিকপা জগোয়দা
লঙনরক্রপা নুংশিনা
ঐ লৈরি শক্তাক্রবাউ হায়দূনা
শৈরেংগীদি ৱাহেগী তনৌবা মায়থোং চুপতুনা। □

বস্তার, মধ্য প্রদেশ
(১৯৮২)

# মতম্না নাক্তা লৈরিঙৈ

মতম্না নাক্তা লৈরিঙৈ
নুংশিজবা ঈশৈ কয়া লৈ —
অমম-অঙান খুৎশম্নরিবা,
ফীজং ৱাংমদা লৈথ্রবা,
মতমগী লৈকায় লাম্নগা
ওইরক্কদৌবা শক্তমশিং
মখোয়দুগী ঈশৈনি
মখোয়দুগী শৈরেংনি
পামজবা।

মতম্না নাক্তা লৈরিঙৈ
পামজবা শৈরেং কয়া লৈ —
কয়ারক হন্না তাথ্রবা
অস্নাবা কয়া নুংঙাইবা কয়া
শরুক যাম্মিন্নথ্রবা
শক্তমশিং অদুবু পুখোকপা
মখোয়দুগী ঈশৈনি
মখোয়দুগী শৈরেংনি
পামজবা।

মতম্না নাক্তা লৈরিঙৈ
থম্মোয়গী ঈশৈ কয়া লৈ —

তিম্রবদগী কায়নবা খোরকই নীংশিংবা
নীংশিংলগা রারিবা, রাজরগা নুংঙাইরিবা
রাখল ঈনোং হাম্নগী
মঙাল মশেক কয়াগী
মাগী ঈশৈ শকপনি
মাগী শৈরেং ইবনি
পামজবা। ❑

(১৮ এপ্রিল, ১৯৮৪)

# হৌগৎলকপদা হিংবা

লাইবক ফবনি হৌগৎলকপদা হিংজবা
করিগী য়েংনরি হৌখরে লোইখরে
কনানা হায়রম্মী হৌব্রবনি হৌগৎলকপা
লৈরি ঐখোয়দি হৌগৎলকপা চীংদোম্বা
করিগী খল্লরি হৌখ্রবা হৌখ্রবগুম
লাইবক ফবনি হৌগৎলকপদা হিংজবা।

মারুসি থিরুসি খুনাম লীহৌরুসি
শৈশকপা শৈনিনবা শৈতাকপা শৈথিবা
মমলে ল্লারে শাংলে কাউরে খল্লুনু
লৈরি ঐখোয়দি হৌগৎলকপা চীংদোম্বা
থিল্ল থিল্ল মমি শাম পায়র পায়র খুদাপ হাঙ
নত্তে ঐখোয়গী ইচাকসে থিঙমদবনা খল্লবা
লাইবক ফবনি হৌগৎলকপদা হিংজবা।

ফজদরা নীংথিদরা হৌগৎলকপদা শাংলম্বা
পুংলোনগা চানবা শানরম্বা জগোয়দো
মতমগী খোঙথাংদা য়াওহৌই মখোয়সু
ইথৌদাং পীরম্বা শৈমবা, লীকলম ওইরবা ল্লাহেদো
ফংজরে খল্লায় শল্লবা
ঐখোয় হৌজিকনি হৌজিক ঐখোয়নি
অল্লাংপগী অল্লাংপা শেম্বগী হৌগৎলকপদা হিংজবা
লাইবক ফবনি লাইবক ফবনি লাইবক ফবনি ঐখোয়। □

*(২৯ অগষ্ট, ১৯৯০)*

# অফবা ওইবসি

অফবা ওইবসি ৱাফম অমবু য়াহনবা
নত্ত্রপা লমন খুম্বগী শাজেল ওইরম্বনি,
নহা ওইরিঙে লংফৈ খোঙচৎকী নোংজাশিংদা
হংলাই শান্নবগী খুত্তা চোংলম্ম লাইথীনি।
শন্না মফৈ অমফাউ থৈদোকপা য়াদ্রবগুম
ওইজখিবশিংগী খুত্তা লালগুংনা ৱাহেংগী
তৌশিন্নবনা অচুম্বগা তিন্নখিবগুম
লৌখিবনি কুয়াংবান্না মশক অফবগী।

নুংঙাইবা ফাওবনি য়েংউ করিগুম্বদসু
থিবদা ৱাবু নৈবদা নুংদা খজিক খজিক
চুপলী পায়দুনা চঙশীনবদা, পাঙথোকপদসু
লেপ্তনা থিবদা অশেংবা ৱাফম্বু হৌজিক
মকা-ফোংদনা নুং-পানগী ঈরমসে ফাংলসি
মরে কাংলোম্দা খুম্নাই লৌমাঙনবা তোক্রসি। ☐

(৮ আগষ্ট, ১৯৯১)

# সীসু খাওদুনা লাক্লে ঐখোয়

সীসু খাওদুনা লাক্লে ঐখোয়
নোংজু, নুংশা, উন-শুন।
চাউরক্লে মতম্বাক্তা অত্তাংগী
চায়ক্লে চৈফু হিংযগী।

নৈবিরক্লবনি, খাওলকপনি, পাল্লকপনি
নুংনি, য়োংনি, মৈনি।
ঐগীনি লৈবাক ঐগীনি হম্মাং
পোখোক্লী পোংলুমগী ইসিনমাও।

ঐখোয়দি ঐখোয় ওইজরবসু
ঐখোয় ঐখোয়দি ওইরক্লে
নাকেস্থগী উনানি অরাম্থগী নুংশিংনি
অকনবা শহমদা চংপনি।
চংপীনবা লৈব্রদি ইনবিনবা য়াউদ্রদি
লম্বী শেম্বনা কৈদৌনি
অওম্বা শাদুনা কান্নরোই।

ইকোক কয়া কেনখিবা উফুল্লক্তা ঐখোয়গী
মদুসু মখোয়গী। মদুসু মখোয়গী, খাওলকখিবা
মন্নবা কাখু কয়াদা, নমথী-হংগোই মরক্তা।
ঐখোয়দি ঈশৈ শকপনি

য়েত্তা লৈয়ু লৈবগী ওইদা লৈয়ু লৈবগী।

মচু ঙাঙলো ঙাঙগনি মচু তৌরো তৌগনি
ইনমদা ময়োল পুরক্লে ইনম কুয়োল হয়ক্লে
চহীচা কোকথোং নমক্লে
সীসূ খাঙদুনা লাক্লে ঐখোয়
নোংজু, নুংশা, উন-ঙন। □

*(৩০ সেপ্টেম্বর, ১৯৯২)*

## পাওনা য়াংবী

মীয়ামগী থবাক্তা থায়রি,
শিরুম নারুম্নবা লিন
উফুল্লক্তা থরো থরো ওম্রি
মকু হুবা ওমদ্রবা লিন। □

*(৫ দিসেম্বর, ১৯৯২)*

# থিথিসি থম্মোয়দা

অৱাবগী ওইরবসু, নুংঙাইবগী ওইরবসু
কুরাংবান অসিনা কুপশীল্লি
মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা
নত্তুগা উনগোইনুংগী নীংথিবা,
মচু কয়া কয়ানা মশেনমরাং উহল্লী
খঙফম থোক্লবা ৱাফমু খঙদবগুম খলহল্লী।

অদুঙৈগী লাইপোক্কী ৱারী ময়ামশিংসিনা
থাকলোন কয়া শেল্লকই
মুশি-মুশিবা মতমগী তোমথিল্লবা মঙালবু
ঈথক-ঈরং কাহল্লী
অসুম অসুম ফাজীনখি
নুংশী লংলবা মঙালবু ফীজং অমনা খুমজিনখি।

খঙদবা মশক থিবদা
অনৌবা পোৎশক শেম্বদা
শেনবীনবা য়াওদনা নাইতোম হিংঙমজদবা
হৈনবীগী লীপুল্লা চেৎনা খোমজীলহল্লবা,
থবায়শিংসিগী মরক্তা চোংথোরকই মখোয় কয়া
তাকপীনবা, শেমগৎনবা, ৱাথলনা লাম্ব ফংবা কয়া

মৈ ঈক্লবা ৱারীদুনি মসিদি

অশেংবা থাজবীদুনি থরায় কখোক্কদবা,
মফম পীগদবনি থম্মোয়দা মপান্দা,
পীক্রবসু চাউরবসু, থোক্সবসু মচু মচু
হেন্না ময়েক শেংহন, হেন্না মশক নাইহন
হেন্না ময়েক লাহন, শাগৎলকই ৱারী অসুম।

অহৈবশিং কয়ানা শেমগৎপগা পুন্দুনা
ৱাখল লীচিং লৌদুনা,
উহৈদ্রবা খঙহৈদ্রবা ৱারী কয়া নীংথিবা
অকুপ্পা কাংলোন কয়া থুপ্লবা
মখোয়গী মরমদা শম্পোরকই,
মীওইবনা মীওইববু তম্বিনবা মীৎয়েংদা।

ইতিহাসনা করিনো সাহিত্যনা করিনো
করিনোনে ধর্ম্ম, থাজবগী মমাঙদা পূন্নমক করিনো?
মখোয় থরদি মশানা ঙমজবা মখৈ হোৎনদুনা
থৌরাং তৌরিবা মীওইশিংনি
অশেংবা লমজীংবা ওইথিবনি মশাগী হোৎনজমন খক্তনা
মশানা নৈর-থিরগা থোকচরকপা ৱাখলনা।

মথা তারকপা লম্বীদা অরায়বা ৱাখল পুদুনা
হোৎনবগী লৈয়োন কংলবদা শম্পোকপনা লমজীংবা শাদুনা
কুরাংবাক্ত ঙায়রবা ৱাহৈশিংনা শুমহত্তুনা থম্মোয়শিংবু
লৈথোকহল্লী ঙসিসু হেন্না ৱাংখ্রবা অদুদগী
লাইপোক শাবা ময়াম্না লৈতেংনা লম্বী ওইহন্দুনা
কাউথোকহল্লি লৈরি হায়বা থিবগী নুংঙাইরবা লম্বী অমা।

থম্মোয় খুদীংদা লৈরিবা লাইপোক্কী নমহৎলবা মশকসে
হৌদোকপিবা গুন্নবা মীৎকুপ্তুদা লোইরে থৌদাং
নোংলৈ লখাগী মায়োক্তা মুৎলগ্লোইদবা মৈরাসে
লৈরি হায়বতং তাক্রবা, নংলবা মৈরা ওলহন্নবা
থম্মোয়গী খুভম হুঞ্জিনহন্নবা পুন্নমক মরূপ ওইরবা
মীৎকুপ্তুদা গান্ননি তাইবংপানগী থম্মোয় অমম্বা। □

(১৬ দিসেম্বর, ১৯৯২)

## রাকটীংগী নোং

রাকটীংগী মুক্তা নোংলিক্কা
ঈংগ্রী তক্কি লৈমায়
কংলবা লোইদ্রিবা ওমাঙ। □

(৮ জনুৱরী, ১৯৯৩)

# সিন্দমশঙ

সিন্দমশঙ অমা লৈ খল্লুই য়ূম্বান্দ্রিঙৈ
খঙলকই ইশানা সিনশঙনি হায়বা।
হায়নে তোক্কানবগী লৈতোয়দগী
হেন্না কূপ্পী য়ূম্বাগোম্দি —
তাবুনুংদা লৈরিবন্না থিরুই মহৈবু
কৈ মমায় নান্‌বগুম কিরুই থেংনজদ্রিঙৈ।

থোক্করবা তুংসিদদি ও।
নহাক্কিনে, নশানিনে মহৈশঙ
হায়রক্কি নাপ্পদা তুমীন তুমীন। □

কাকিপুর
(২১ জনুৱারী, ১৯৯৩)

## নোংঙান ঈশৈ

নোংঙান . . . লে
অহীং হৌ . . . ব্রে
শাইব্রে অহীংগী

খুনুব্রংশিং। □

(২৩ ফেব্রুয়ারী, ১৯৯৩)

# তূমীন নৈবা

করিগুম্বা মতমদা তূমীন নৈবগীসু
মমল পীবা তারকই।

শিবগী মথল কয়ানি
অদুবু ঐখোয়না হরাওবা পোক্কনি
হিংনা হিংনা শিবগী মায়োক্তা
খোঞ্জেল রাংনা থাজংলকপদা,
ঐখোয়না নুংঙাইবা পোক্কনি
চংনা চংনা শিবগী মায়োক্তা
শিনা শিনা হিংবা তারবসু।

করিগুম্বা মতমদা করিগুম্বা মফমদা
থোকখিদ্রিবরা সীগুম্বসে?
নহাক থনবরা মসি নঙ ঐতগীনি
যুগ কয়াদগী চংথরক্লিবসে,
অমতা ওইরবা খোঙচংসে
মশক মওং খেন্নজরবসু?

দেবিদকী থরানমিচাকশিং মশীং থীঙমদনা
কেলহনখিবদো, মাঙহনখিবদো মালেমদা;
থায়নগী রোম সহরদা চাক্তারবা চেক্লাশিংদো অহীংগী
অদুগা অদুঙৈগী বেক্টিল, মঙাল মশক উখিদ্রবা

মম্রবা চোংলবা কাশিং, থরায় কয়াগী মাগুনফম;
অমুকস্ু অহীংগী অমম্বা নিংথমথাগী অঙৌবা সোরগুম
অঙাঙবা মচুলক্তা মাঙগ্রবশিংদো সাইথেরিয়াদা
বাখলগী ঈপাক্তা নোংমৈনা নত্রুগা উগ্রা;
অশিবা মীগী হকচাংনা তুম্লেলনা পুরকপা কাওশিংগুম
কম্বোজ লৈমায় শনখিবদো
খমের রুজগী লীলাদা তাইবং থরায় চুম্নগী;
অদুগুৈ অমুকস্ু হিংনা হিংনা শিত্রবশিং
চহী তরেং খুত্রকঙৈ।

হৌখিবা মতম ওইরস্ু হৌজিক থোক্লিবা ওইরস্ু
থেন্নরিবা হায়বু সীতনি
উংপা নত্রুগা উত্তবগী বাতনি
থৌনা লৈনা মায়রোং য়াখিবা
নত্রুগা নাপী ওইনা খাঙখিবা
অনীসিতগী বাফম্রি।
ফোঙদোকপীনবা লৈবা কনাগীদি
তাবীনবা মীওই বাংলগ্রোই,
কিনা কিনা হিংলবা
হৌনা অয়ো হায়গুমদ্রবা
তোনবদগী তোল্লবা মখোয়দি
কোঙ্গোল তাকপগুম তাকপরা?

করিগীনো গুসি গুমদ্রিবা
ইচম চম্না শিজবা, অশিবগী মায়গৈদা
চীং-লেম্রা খোঙশানবা?
অমুবা তৈদুনা হিংলিবা

অদুগা অমুবা তৈদুনা চৎলিবা?

করম্না ওইরিবা ফগী কংলবা চায়াম পোকপা?
কংলবা য়াওদ্রবা শিরবা
পুন্সীগী মহাও চুপ্পবসু
অরুম হৌরবা পেম্প্রোকপদা।

পুন্সীসু লৈবা ফংলবা,
শিবসু লৈবা ফংলবা
অপাম্বা মখে লৈবা ফংলবদা
লৈবা ফংদ্রিবদি পোত্থাবতনি।
অঙাংবগী মশেক ফংদ্রবা, হায়নীংবা হায়জবা গুমদ্রবা
হিংনা শিরবা পুন্সীনি —
নশাদা চেন্নম্বা ঈগী মরীকশিং লৌথরে
হৌজিক্তি ওন্নক্লে অহিংবগী মমি
তুমীন লৈহৌরবদা।
করিগীনো গুসি ওন্নক্লিবা
ইমিদা ঈরাক্লরবা ঐথোয়গী পুন্সীসিনা
পীক্রবা কাখুদু পুন্না থমজিনবিরবা
উনবা য়াদ্রবা স্কোর্পিয়ন অনীবু।

মঙ-হাগুম্বা থৌদোক্লুনা, মমায় লীশীং লোঙদুনা
লেপ্পরবদা নমাগুদা,
অরেম্বনি হোৎনবা থৌরাং তৌরে খল্লম্বা
অনীংবা পাঙগে থৌরাংবা।
খঙহৌদনা মপুং ফারক্লবদা থাজরমদবা মীৎকুপ্পা
লৈহৌরোই অতৈ করিসু, নত্তুনা

নশাগী অনীংবা কাউনা পাখংপা,
পাখংপগী নাহেখোল, তুমশিল্লকপা নশাদা
কাউশিল্লকপা পুন্নমক করিমত্তা তৌদবা
নাইতোম তায়বা নঙোম্পা।

মসিনা খোঙায়েনগী লৈবাক্তি
মথং মথং নীপা খোক্লদবা
অদুগা মথং মথং অশেংবা মাঙনবা।
নত্ত্রবদি করিগীনো য়াওরিবসে
পোকপদা ঙায়রিবা নাবানা
হোম্পোরকপা সোরদা
খোল্লাং লৈনমগী মহুক্তা
হুগী মনম তমখিরবা
ঙাইনা ঙাইনা মপুং ফানা
অমম্বনা কুপশিল্লকপা, মঙালগী আশাদা। ☐

*(১৫-২৮ ফেব্রুয়ারী, ১৯৯৩)*

# রিভোল্যুসন

মৈবুল অমা সুম পাইরক্লি
অমুক মাঙ অমুক খোরক
পল্লেগুনা ওর্বিংসিদা। □

(২৮ ফেব্রুয়ারী, ১৯৯৩)

## থল্লায়

হকচাংগী থৌগায়দগী হেল্লবা
থল্লায় মাগী থৌদাংনা
হৌবদগী নৈরক্লবা শক্তিনশিংগুম
শেংহল্লি হকচাংবু অর্থ পীদুনা। ▢

(২৩ মে, ১৯৯৩)

## লংদাই

মতম্না নৈখাইরকই লেগুগুম-শাগুমদ ঈচেল
শৃক্লা লৈনাং হৌরকপা উরকই
ফমথনবা হোংনজরি তপ্পা ঈখেংলক্তা। ☐

(২৮ মে, ১৯৯৩)

# খোঙচৎ অমনি শাগৎপসু

খোঙফম অসিমত্তদা চাক্রবনি
ইশানা য়ানা মৈদুনা
অমকপা শঙদ্রিবা পুন্সীদুগী।
মতমসিনি, মফমসিনি, হৌকমসিনি
মশাগী মঙালদা লূপ্লবা
পোথাহেত্রবা থাখলসিনা
থৌদাং পুবা হৌরিবসি,
চহী নীশীং চা কয়াগী
শিত্ররকপা লৌশিংগী।

মপুং ফারকপা হায়বসিমক, অহৌবা অমা ওইরকই :
শাগৎপসিগী থাখলনি, শাদ্রিঙৈদা লৈরবা।

য়ুমসিগী

মীওইশিং — অশেংবা মীৎকুপ ওইরিবা
হৌরকপগী, অরোইবগী;
লৈদুনা লাক্রিবা খুংসিগী
খোঙজেলগী মপু ওইরিবশিংসিনা
শেম-শাবিরে মতম্মু পামজবা মওংদা নীংথিনা
ওক্লবা থোঙ্গাল হাংদুনা, হান্ননা লাক্কুনা লৈররবদু।

অতিথী নত্তে মহাক্তি
মফমসিদা পোকপনি,
মফমসিদা চাউথিবনি

শাংগনি, হৌজিক্কি; লাকচৌরিবা
খুদীংদা, চহীগী ঈচাও মরক্তা
লমলোঙ কৈরাক কয়াদা,
মথয়াং লাওনা কাখংলি
পুন্নমক শুপথোম খোঙ্গ্রদা
থনুংদা থঙ্গ্রগে হায়দুনা।
মসিনা ময়োন অমুক লাকপদা, নৌনা হাপ্পী থরায় অশিবদাঃ
তাঞ্জা অমা পীরিবা, শেমদোক-শাদোক তৌনবগী
পানখংলুবশিংগী
শরুকশিং — মপুং ওইনি খল্লম্ম
লাপথোকপগী, নকশীনবগী
লৈদুনা লৈরিবা মিংশেলসিগী
থক্তোরকপা মঙালগী মপু ওইগে খল্লম্মশিং
মৈরী থোক্না চাউথোরকপনা, খজিক্তং ঈংথবনা অঙৈংবগুম খল্লদুনা
পোম্বাহল্লে য়ুমসিদা, চংখিনবা খোরাং তৌদুনা। □

(১৪ জুন, ১৯৯৩)

# কবুই কৈওইবা অমসুং উতোং

ঐখোয়না লৈরিবা ঈরৈপাক পেম্দবগী মৈরীনা চাক্লবনি
উং ওল্লবা মতুংদা
ইশাগী উং অসিদগী,
নৌনা ময়োল চোংলকপগী আশা তৌদুনা হিংলিবনি।

ঙাইবসিমক পুন্সীনি, মসিদা লৈরিবনি নুংঙাইবা —
কয়াম কুইনা ঙাইথিনি
ঙাইবনা খোঙ্গুল মুংলবদি
করম্না ঙমগনি হৌজিকপু খোঙচংসিদা তপথবা।

ঈনখৎলকপগা হনুরবা ঐখোয়গী লিরবা পুন্সীনি
অদুনা করম্না তপথবা —
অহল ওইরক্লবা নহাক্তি,
কেঙ্গখো নাকেম্নগী উনাওম নত্রগা খুৎলৈ থুগদবনি।

নহা ওইনা হনুরবা হনুবনা নহা ওইরিবশিংগী
অরি-অনৌগী লমদমসিদা
মৈহৌরোলগী, শিল্লোন থৌশীল্লোন পরিংবু
মমহল্লরে মমিনা অনৌবা ললোনবশিংসিগী।

শুক্না খোল্লা মল্লবা মমিসিনা শন্দোরক্লি
অহল নহা খাক্তনা
পুন্সীগী কাতুপ খুদীংদা,
কারামচাউবা লৌশীনবগী চীংলায় মল্ল হুল্লক্লি।

ঐগী ইরমদম অসিদা লাই অমখক্তনি পামজবা
অশেংবা অচুম্বগী লাইশঙদা
কখোকপগা লোয়ননা লেপকদবা,
লোইবা খব্বা নাইদনা হেন্না শারেপ ফায়কদবা।

লৈঙাক-চুক্লী পায়বশিংনা ওইরবদা হৌজিক ললোনবঙাক
ফংলিঙেদা লৌহৌনবা হোৎনবনা
চাওখৎপগী লম্বেলগুম খন্নরবনা
খঙনদ্রে মশানা মশাবু ওইরিবনি মখোয়সু চাক্লিবঙাক।

অশেংবা অচুম্বা হায়বদি কনাগীসু মখা পোন্দবনি
ঐখোয় খুদীংদা য়াওরিবনি
শক্তি ললোনবশিংদসু লৈরিবনি
পেন্নায়দবা চাক্লিবশিংনা মবুক কায়'মখে চাশীনবনি।

ঈরৈবাক ঐগী মণিপুর চাক্লিবনা ইনাকখুনবা লৈবাক্তি
নিংগ্রি মখোয় খুদীংমক
নিবগী অচৌবা কারবাররসিদা
ঙাইরিবদি নিবগী অয়োইবা পুংফম্না লাকপদুনি।

নহাক্কী উতোংসিদি কবুই কৈওইবা, চাক্লিবগী উতোংনি
থলহনবতনা লাইনিং ওইবনি
অহোববু মেনগেদি খন্দবনি
ঈরৈবাক চীংথেল নঙোন্দা হ্রাপ্পসিগে করিবু থম্নবা। □

*(৩ জুলাই, ১৯৯৩)*

# মায়থুম

ঐখোয়গীনি হায়না দাবী তৌরিবা মফম অসিবু
কয়ারক পুনশীল্লুরে, মচেৎ তাহল্লুরে কয়ারকসু
ঐখোয়গী নখোয়গী মখোয়গী ইমালৈবাক কয়াথোক্লা,
মীহিংচাবা ওইরক্লবদা মালেম মচেৎ খুদীংনা
খঙলকই অমত্তনি মীওইবা, অমত্তনি মালেমসু।

অমম্বনা কুপশীল্লকপনি উনা উনা তঙাংলম্বা চহীচাশিং,
অহৌবরা অরোইবরা মতমগী তুথুপ অমদা
নৈশিন্দুনা নৈরি ৱাখলনা শারেগুগী ৱাংনা;
ঈ পাম্বা অচুম্বগী লাইশিং মশীং থীঙমদনা
চোংথোরক্লি ঙসি অচুম্বগী চুঙোয় পায়রদুনা মথুক্তা।

অদুবু উরকই অরোৎপা মরুম খুদীংদা ৱাফমশিং —
ঙাংথোকখ্রবা ঙাংথোক্তিবা পুন্নমজুনা হিংবগী মশক লেপ্লবগুম
মনুংগী ৱাফমশিং অসিতনা ইমু-নাইমু তানরকপা
ঐনা উরকই মীনম্বশিং থনুংদা ফুম্লিবা অচুম্বনা
অচুম্বা-মীনম্বা খুদীংমক্লা মফম অমমম্ কল্লকপা।

শিরুম নারুম্লবসু অচুম্বদি লেঙদবা থম্বায়নি মালেমগী
হনুরে ইতিহাসকী অচুম্বসে ঐতিহাসিক-ভূগোলগী মমাঙদা —
থম্বানমিচাক্কী চরোং শেন্নগা মঙালনা ফিরাংজী থাদুনা
ঐনা ঙসিসু ঙাইজরি কোন্না ঙাংবা অচুম্বা নহাকপু
খঙলসু উং ওল্লনি নহাক্কী মীৎয়েং অমদা। □

(২৯-৩০ সেপ্টেম্বর, ১৯৯৩)

# পূনশীনবগী হ্বাহং থিবদা

হায়যুনে কনাগী মচানো নহাকপু,
নুমিৎকীরা থাগীরা,
লিনগীরা উচেক্কীরা,
নিংথৌগী মচারা মীচমগীরা
মীচম্না নিংথৌ ওইবরা —
অমত্তনি হ্বাহংদি, কয়ানি পাউখুমদি।

লম্মখাংগী নুং খুদীংমক
লোইনা মরোল থোরক্রবদা
পাউখুমগী করি হ্বারুনি,
ফংনদ্রিবদি অশেংবা পাউখুম অদু খক্তনি।

লৈকাং চরবা মল্লবা লাইরিক্কী চেনাশিংদগী
শদোং মচেৎ ফক্লুনা চানথ্রবা মালেমগী
ফদী শারবা হকচাংদগী
থিরুখিদরা পাউখুমসিবু?
নত্তুগা ঈকায়নাইদবা মতমগী কল্লবা ঈচেলনা
তোর্বান্দা হুনগৎলম্লবা অতেক-অকাইশিংদুদা
হংলুথিদ্রা হৌজিকপু? সীমত্তনি হ্বাহংদি, কয়ানি পাউখুমদি।

নুমিৎনা নিংথৌ ওইরবদা
অমম্বা লৈমগীদা পোথাখিবা

তাঙ্গা লৌদুনা থানা
নিংথৌ ওইদুনা চোংথোরকই,
মীচম ওইরবদা নুমিত্তি
অদুম থোরকখিদরে
লৈমগী নিংথৌ ওইজরে।

পাখোঙনা পাউখুমলা? পাউখুন্না রাহংলা?
রাহংনা পাউখুমলা?
অমত্তনি রাহংদি
পাউখুম লীশীংগী মরক্তা।

থরায় য়াওদ্রবা পাউখুমশিংগী
অশিবা থোঙলোয় চাম্মা-চাম্মনা
রাহংবু হাত্তোক্লবা হোৎনরকপদা,
অমম্বা লম্বী খুদীংমক হেন্না অসুম মমশীন্নকই,
অরাংবা চীংদোন খুদীংমক অসুম অসুম নেমথরকই;
মিহুল চেনখৎখিবদগী খাঙতগ্গা লৈরবা কয়ানা
রাহং পাউখুম খাক্তনা লৈরোন চন্নবা তৌরকই।
সরেন চনগদবা কুইদ্রবা
মমি শান্নবা মতম্না
রাহং, নহাকপু থিরি
লাকউ রাহং, থিরুনু পাউখুম। ☐

*(১০ নবেম্বর, ১৯৯৩)*

# তোর্বান

মীশিংসে য়েংউনে —

মতম্ন পূম্নকপদগী

লংখংপিরম্রে তোর্বাম্দা। ☐

(১০ নবেম্বর, ১৯৯৩)

## মালং পাউজেল

কংলবা উরীশিং খোমজীন্দুনা
শেন্নকই পূসীগী ঈথং অমা,
নোক্রকই ঙরাংগী নুমিৎশিংনা
করেম্ররকই হৌগৎলকউ হায়দুনা।

লৈচিল ওনখি, মনিল ওনখি
মৈখু ওনখি ঈথং —
ওস্থোররকই মৈবূল অমা
মমাগী ভম্পাক্তা শান্নরিবা
অঙাং অদু ওইরক্লবা। ☐

(২৫ নবেম্বর, ১৯৯৩)

## নুমিৎ অমসুং কংলা শা

নোমনা নোমনা হাইনা হন্না
হকচিক লাংবা চৎপাঙুম
তুংহন্না চৎলকই অয়ুকী অঙাংবা নুমিৎনা।

অহাঙবা মীনোক নোক্লকই
অহাঙবা মায়থোং মহাক্কী
মশাগী মীনোক্কী ঙাঙ্গানবা মঙালদা
কাখৎলক্লিবা নুমিৎনা
তুংহনবা লম্বীসিদা চঙশিল্লকই মাঙলোমদা,
মায়কৈ মরিদা লোৎলম্বা
নুংশিৎ পুম্বা থেমগঙুনা
লমজাউ থোনবা মালংঙুম
তামনা অচিকপদা ঙাইরিবা
কংলা চীংলায় অচৌবগী
মচী অনীগী চিরক্তা তারুনবা লেঙদনা।

তৌরক্লিবা নুমিৎকী থৌরাংদুদা
পাখৎপনা লোইরকই কংলা শা।
অসুক চাউথ্রবা কংলৈপাকসিদা তশেংনমক লৈত্রবরা
হেন্না চঙখোনবা মফম অতৈ
নুমিৎ মানা তারুনবা?
মায়থোং মকশীল্লকই ঙাইহাক্তি,
মীৎ তনকুপ কুপ্লকই
চনীং-চমাঙ শন্নরক্তে নিংসাসোর।
লাক্ল-ফানা য়াদ্রবা ঈ খেগৎলকপা

নুমিত্তি, চংশিল্লক্রি অসুম অসুম
মাঙগী লম্বীসিদা তুংহল্লু।

নীংখায়বগী চৈনাবু খঙলক্লবা কংলা শানা
অচাকপা মৈরীদু উরগা হিংগনি থাজদ্রে মতোমতা;
মীয়োল মীয়োল কয়াদগী
লেঙবা ঙমদনা ফাজীনবিরক্লবা
নুংগী কায়দোংফম অরাংবসিদগী
থাঙ্গৎপা ঙমজদ্রবা মখোঙবু
অমুক্তংদি ফুক্তুনা মথায় কঞ্জনবা চেম্রীংলকই
মনীং-তন্না পাইহনিংলকই মশা পান্দুনা উচেক্লুম
মহাক্লা উরকই হৌজিক ঈশ্বর মশামক্লা চেংনা
পুনসিঞ্জরিবদু, অসুম লৈরক্রিবা মতমগী
কাংখোঙসিগা পান্ননা শিরগনি কিজবদগী —

শিরগনি কিজবদগী পুনশীন্নুরগা অচুম্বগা খুদকী
অদুগা তুংদা লাক্তদৌরিবা অচুম্বা কয়া কয়াদুগা।
কংলা শা, ঈশ্বর — লেঙঙমদনা লৈরবা!
অচুম্বদি — অমখক্তা ওইবনি, পাঙ্গল্লবা কয়া মায়থীগ্রবনি
অহল ওইরবা শোল্লবা মাগী মফমদা।
ঈশ্বরগী অচুম্বনা কদায়, কংলা শাগী অচুম্বনা করি?
অচুম্বা, মতম, কংলা শা, মতমগী অচুম্বনা কৈদা?
করিগী নুমিৎনা শাউরিবা
অচুম্বনা করিগী থৈদুনা চৎলিবা —
ঙাইখো কংলা শা, নহাক তুখিনু
ঙাইখো কংলা শা, নহাক লেঙখিনু। □

*(১৫ জুলাই, ১৯৯৩ — ৬ জনুৱারী, ১৯৯৪)*

# লম্বী

থোঙ লোনত্রবা মকম খুদীংদা
থংত্রবসু চংফদু
শোয়দনা লৈরি চঙফম লম্বী।
লূন্নবা পোৎলুম খুদীংমকপু
থাঙৎলগে নীংলবা
য়াংনবা পাম্বৈ ফংনি অমা।
কিশী মখৈ চেৎলসু চেৎনা
থোক্কে হায়না খন্নবা
থোক্রবা লম্বী লৈনি অমা।
লোনত্রবা থোঙবু লোম্নুমবা
হাংদিবা থোঙ হাংবনি
মনুংসু মপানসু নত্তবা। □

*(জনুয়রী, ১৯৯৪)*

## ফীবুল হাবী

করিনো কনানো খঙদবা নহাক্কা
হিংবা হায়বা মহাক অমা
বাহং অমতসু হংলমদনা
ওম্মি মতাওম তোংহল্লম্রে ইরেংবান্দা
লৌজরো হৌজিক্তি
নহাক অমুক পূজরো।

চিক্ল-চিক্লগা লাওবা অসুম হেন্নক্তি
বাখলগী নাপোমশিংসিদা
অথাপ্পদগী, অনকপদগী মীকপথোলশিং
তেংথা-নাওইবগী খোঙ্গেলশিং
হন্না-হন্না খোল্লাং য়ৈররি।

হিংবা নহাক্কা লাকপদা
লঙনবগী মতাওম য়াওরকখি
অশিবা কৌবা নপাং অমা
হিংবা, হৌজিক্তি নহাকসু শিবা তারেদো
নহাক্কা তৌজবা নরালনা
হিংবা, অশিবনা নহাকপুসু ফারেদো।

অমুকসু
হিংবা শিবা নখোয় অনীনা

ফিবুল হাবী শান্নবদা
ফিবুল ওন্নবা পুন্সীসে
মফোল ইখোক খোক্লেদো।
খোঙ্গাওনফমলা পুন্সীসিবু?
হিংলগনা হিংবা, শিরগনা শিবা
ময়েক শেংবা অদুনি
পান্নিবসি পুন্সীনা।

নহাক্না মিনুংশি উত্তুনা
শোয়দুনা থবায় হাপ্পীরম্নবনিনা
হিংবা নহাক, চেকশিল্লু
শেন্নহৌদবা মীৎকুপ্তা
অশেংবা পান্না পুন্সীনা
নহাক্কী কুইরবা পোৎলুমসি
নমাঙমক্তদা থাদরমদুনা
শিবগী ঙমখৈদা
চোংশিনখিবা য়াই খঙহৌদনা।

নহাক্কী য়ুমসিদি
অসুম অসুম তেকথরক্নি
কা খুদীংমক পীকশিন্নক্নি;
মঙাল ফংলক্রুবা য়ুমসিদা
অপুম্বা নুংশিৎ মরকসিদা
চরম ফুন্‌বা হৌরক্লে,
পীক্রুবা খুরবা খোঙসিদা
নহাকপু নশক খঙলবা কনাসু
নোক্না-নোক্না চংনীংদ্রে।

নহাক্না ঈবম শোক্লিবমখৈ
শিবগী মন্নানয়াই অসিদি
ঈবম হেন্না ফগৎলক্তি;
মহাক্না মীকৌ-মীচান ফজবনা
লাওরবা থোঙসিদা মহাকী
অতৎ-অথম লৈতনা
চেনশীন্নরি মীয়াম্না,
তশেংবমক্কী য়ায়বনি থবায়সি
হিংবা নহাক্কী খল্লুবদা।

হৌজিক্তি মতম অসুম থেঙজিন্নক্রে,
পোৎলুমসিনা নল্লকপদা
মরূ-ময়াং কেন্নক্রে
মখাং লীন্নং শায়ক্রে
মশা পুমহীক হীকথনরে
হিংবা নহাকপু পুদুনা চৎলগা
গতি লৈত্রবা দোলাইয়েংশিংসে।

হিংবা, নহাকসু ওনবা তাই
অমুক্তদি লুপলুবা তাই
অশিবগী ঈপাক্তা
অনৌবা মপোক ফংনবা। □

*(২০ জনুয়ারী, ১৯৯৪)*

# লায়চূরবশিংগী লৈবাক্তা

হেন্না য়াংবা তান্নবদা
মখোঙদগী হৌবা পান্নরক্নবদা
নারেং হত্নুনা চিংগ্রবা
কোলুগী শনগুম চৎলিবা মীয়ান্না
চৎপমথৈ চৎলূরগা মপু লৈত্রবা শঙসিদা
অমুক হঞ্জিন্নকুনা কুন্নরি
হেন্দোকখিবা ঙমদনা
নোংমাইজীং কৈথেলগী
সেকেন্দ হেন্দ ফীরোল য়োনফম ওন্নবা
ঐখোয়গী পুন্সী কৈথেলসিদগী।

মাগী মগী শভমদা মতোম মতোম্মতা ঙায়নরবদা
অঙাওবগুম চোইরোল লোন্নকই,
অতৈনা খঙখিনি কিবনা মশাগী ফীবম লোৎলকই।
কঙাওনরবা শন্সুসি মনুংদা নীংখায়বা হৌরকই
মপাম্বোংদদি মতৌ মান্দবা
নুংদা য়াখল চোইরবা মীশিংনা
লৈবাক্কী থৌদাং পুরক্রি
মফম খুদীং শীস্নুংনা,
পুন্সীগী গাড়ী চিংলক্রি
হৈনখ্রবা মরম্না।

হৈশিংবা কোকশিংগী য়া তানফম

অয়োন অথূপকী কাশিংদা
মখল মখাগী মচুশিং মওং কয়াগী খোঙ্গেলশিং
য়ানশিন্নরি হন্না-হন্না
খোঙ্খাং য়ৈরকই তত্তনা
মীৎ উইশিল্লি, কাল্লদে, নাকোং মেন্সিল্লি, কান্নদে
তাঙ্গোয় ওল্লনি কিরকই
য়ানশিন্নরুবা সিদগী।
পাইরকই থোরকই শন্দোরকই
অচৌবা মচা কোঙ্গোল কয়া
মচু মখল কয়াগীনি মীৎ থকহল্লি য়েংবদা
অতিয়াদগী লৈখাদগী উশা বাশাদগী ঈশিংদগী
অকক্লবা মফম লৈতনা কোঙ্গোলশিং থোরকই লেপ্তনা
মফম পুন্নমক ফুন্নক্লে কোঙ্গোলতনা থল্লক্লে
শোয়ররোই নোংমদি কায়মিন্নরনি শোয়দনা।

ঈশৈ শকই জগোয় শাই ৱা ঙাংই লাউনরী
মী মান্না চৎনরী;
অৱাংবনা য়েংখৎলকই লুকথদুনা অনেম্বদা
মচানা অচৌবা কৌরবদা
অৱাংবা ৱাখল য়াওদনা শুপ্নম-হানম লৌশিংনা;
লায়চুরবা মীয়ান্না চোইরোল লোল্লি শীং শেম্মী
পুন্না চাকমীন্ননবা।
থৱায়গী সেরফালা অসিদি
ৱাখল চোইরবা মায়কৈনা
হেন্না অসুম লুমথরে,
অরূম-অয়াংগী খল কায়রে।
তৎনীং-তৎনীং তৌরবনি মনুংদা ময়ি চৎলবনি

হ্বমচৎনরবা মীয়াম অসিদি মহৌশাগী লংলা অমতনা
ফাজীন্দূনা থম্রক্নি, মশাগী মিহুল ফাথনরী —
কয়াম কূইনা ফাথখিনি পূম্না পোকখায়রক্নিঙৈ
কয়াম কূইনা ঙাইখিনি মান্নবা খননা হজিন্নক্নিঙৈ? □

*(২৪ জনুৱারী, ১৯৯৪)*

# লাল ওম্বা

অকিবা মরী চৎলহন্দুনা
অকিবগী সংসার শাগৎলিবা,
অকিবনা থল্লবা নথম্মোয়দুদা
অমুক্তা হঞ্জিন্না য়েংজখো।

ঈচেল অসিনা
চেম্ব্রগা লেওনা, তোর্ব্বান খুদীং শোক্রমদুনা
তিংখওনা য়োল্লবা মশানা
খুঙ্গং খুদীং কোল্লমদুনা
লৈপাক কয়া লানখিদুনা
লৈকৃ-লৈরায় কয়া মেল্লক্রবদা
ফমজীল্লবা ঈতগী কংলবা লৌখোং ওল্লকই
মথক্তা হৌরকই নাপু মচুগী লৈ কয়া
পাইরকই কুরাকশিং লীক্রাইগী মশা পাল্লবা
কোকশীল্লম্মী মরুমশিং
চীংওল্লবা তিনখাক তিল্লাইখোম্বী ওল্লবা
তিল-কাং খুদীংমক অকিবা শক্তম লৌরকই
নুংশিৎ শীৎলকই অকংবা মৈশা পুদুনা
লৈক্রক চৎলকই মচি মচি খুদীং,
রাখল চোইরবা মফী খোংদ্রবা
ঈনখৎলক্রিবা নুপীমচা নীপামচাশিংনা
মশাগী কয়াৎ খুদীংমক্লা

ময়া-থোৌরবা থাঙশাংশিং ওইরদুনা
নাপুগী লমদম লান্দারকপদা।

তনৌ তনৌবা

তগৎ তগৎ তেকপা ঈচেল অমা
চেম্লকই অমুক থুনা য়াঙনা ঈংনা ঙাঙনা
পূদুনা মপুক মনুংদা অঙাং নাত্না কয়া কয়া,
মখোয়দুনা খঙহৌদনা চোংখৎলক্লুনা শেম-শারকই
মশাগী কয়াৎশিংগী লানবন কয়া
খোঙথাং খুদীংনা খুৎয়ান ওই
মঙক কল্লকই অপোকপা মপাশিং
মশাগী অকিববু মচাশিংদা পীরম্বশিং
অকিবা মরূ হল্লম্বা, উপাই নৈজদ্রবশিং।

নুমিৎ তরং তরং থোক্লকই
মায়কৈ খুদীংমক নোক্লকই হরাওনা
মঙক কেনগদৌরবা মপা খুদীংমক
নীংবা থুংবগী মীনোক্লা মায়থোং মকা লাল্লকই,
নুমিৎ অসিবুনি ঙাইরকপা, শিজরো নহাক
মপাবু ঙমথ্রবশিংগী নৈবাক্তা,
অশিবদগী হিংলকপা মখোয় খুদীংমক্লা
অশিববু লাইশঙদা থম্রগা
পুন্সীবু শারেপ ফাহল্লবগীদমক্তা। □

*(২৭ মার্চ, ১৯৯৪)*

# নশক তাক্লরো লৈশেম্বা

তারবদি কপ্লকনি মরূপ

অদুনা ঐনা হায়নীংদবনি

ঐ হায়নীংদবনি

নহাক্লা কপ্লীংগদবা য়াহৈদো।

ঐ শক্লীংদবনি মরূপ

নঙনা কপকদবা ময়েক

হংনীংবনি ঐহাক্তি শুপ্লতগী সীমন্তুং

মতম ওইদ্রিবরা লৈশেম্বা।

অদুনা হায়য়ু নহাকসু মরূপ,

মতম ওইদ্রিবরা লৈশেম্বা

লাক্লো লৈশেম্বা নশক তাক্লরো

লাক্লো লৈশেম্বা লাক্লো।

নহাক কুইরে চৎখিবা

নহাক্লা হল্লকপা ঙাইবদা

ঈগী লৌখোং চেল্লরে

লম্মাংনরে হৈজিক অঙানবদা

অদুননি ঐনা হায়নীংদ্রিবা

অদুননি ঐনা শক্লীংদ্রিবা

কোনসিনবিদ্রবা ঐগী মরূপ নহাক্লা

কপকদবা য়াহৈ কপকদবা ঈশৈ। □

(১৩ আগষ্ট, ১৯৯৪)

# মহাক্কী মীশী

পুন্নাঙ লাঙই ব্বা ব্বা কায়
চেনশীন চেনশীন কাওথৎনৈ
খ্বইজিন হাইজিন থোমদৎনৈ
অমুক্তবু উখিদ্রি অদুক শাথীবা মতৌদি
পুখ্রী মচাদু কুস্বং শাই
মখোয় ময়ামগী লান্দুদা।
নাকন্দগী অমতং শৎ হেক লেংশিনখি
লুখমদগী অমত্তং দোং হেক্তা কাপ্লম্মী
মখোঙ মখুৎ ফ্রিং ফ্রিং কাও
কনানো অমা লোংনা তাই।

মতম অমদা মহাক অসি
অচৌবা ব্বাখল খল্লস্বনি
মহাক্কী পুন্সীনা হিংলিঙে
ব্বাখল তৌরস্বনি ব্বাখল্লোয়
হায়গে খল্লস্বনি মহাক্কা —
"হায়রমগে ব্বা খরসে, তাশিলহৌ মুন্না ব্বাফমসে
ঐদিনে খ্বাইদগী থৌনাফবা মীশক অদুমক্তি নত্তবনিনা
খ্বাইদগী হেন্না হৌনা থৌনা লাউনা শুাংবসু ওমদরে;
পুক্নীংসে ইচিংন্দা চিংনৈ, মখোয় অতৈনা করি থনখিনি
ঐনা সীগী ব্বাসি হায়রুরগা নত্তুগা
সুমহায়না ফিজেৎ-চাকচেং তৌরুরগা

ঈকায়জয়কই খল্লুরগা
খনখিনি করি তাইবংপান্না।

লৌশিং চাউবা ঐহাক্কি, খঙজিলহৌ
মীয়ামগী বাখল চাওখৎনবা
তত্তনা লেপ্তনা খল্লিবনি, তাশীনবিহৌ
থবক হায়বসিদি মপৃং ফাদ্রিবা আইডিয়ানি

ঐদি অশেংবনি ককয়াদ্রবনি
ঐ হিংবা তাবনি হিংবা হেক য়ারিবমখৈ
পৃথীগী অয়োইবা লৈঙোই মকুপ্তুনা কেল্লকপফাও,
ইশাদা অয়ানবা তৌদনবা, অদুগা
তাইবংপানগী অমম্বসি কোকহন্দুনা
অমোৎপমখৈ শেংদোক্কবা
হায়বদি, ঐখোয়গী সংসারসে, পৃথ্রীগী সংসার।

অদুনা ঐঙোন্দা শান্তি পীবিয়ু
ঐহাক্কা নখোয়বু পোখাবা ফংহনগনি;
মরম চাদনা পাক হেক শিদোকপা
য়াদে য়াদে থবায় পঙয়াও য়াওরুবা,
ঐনা কোক হেক তুপ্পবা
ঐনা হোৎনজন্নব্রিবা অসুক য়াম্না ময়ামসে
অতৈ কন্নানমুক পায়খৎপিরক্কনি
ওইররোই, খল্লুবদা তু চুংই।"

বাখল চাউবা মহাক্কি
মীয়ামগী য়াইফবা খন্দুনা থবায় পামৃজবনি

থবক মন্নাম লৈরি খন্দুনা শিবা মাগ্রি হায়জবনি,
খঙহৌদনা শিখিদো মনুং মতম চাদনা
অদুনা, লৈবাক পুংজাও খিনগদরা, মখীন্দে
মখোয় মন্নাম হৌগদরা, মহৌদে —
হৌদে লাঙদে শোন্নদে
পুন্সীগী ঈমায়দা লৈতুম মচা অমথক
তুপ লাউনা থাদবদা ঈথক চগো খজিক্তং
থোক্কম্বদুদে হেন্না করিসু
হায়নখিদে খন্নখিদে, নীংশিংনখিদে।
ৱাখল চাউবা মহাকপু
লৈরিবা মফমসে লমহাঙনি
মহাক্কা শুপ্নগী উফুল মরীক্কি
সীমন্তং খনবা কাউখিবরা —
কপ্নদবনি, শোক্কদবনি, কায়নদবনি কনাসু। ☐

(৩০ সেপ্তেম্বর, ১৯৯৪)

## লেঙদ্রবা অর্থ

চহী ফনা য়াম্রে ৱাখল লৈরে
পুক্নীং ফাথরে হায়না খল্লম্মী,
অঙাংমচা ওঙ্খোরকই
ৱাখল লৌশিং ফকচীল্লকই নঙগী মাঙদা।

হন্দক মেরা থানিনসিদি
নঙনা হাকুম পীরম্বা সনারৈ চারদো
খল্লুই লৈশাং তম্লগনি,
লৈদি শাংলি অদুবু সনারৈদুদি নত্তে অতৈনি।

নীংলুই নহাক লাপথ্রমাম্লে
ঙহানমখৈ শেন্নবদো ওক্লমালে —
ৱায়েন থৌদাদা য়াম্না চিন্নম্বা তারে,
হায়রকই, ননাক্তা লৈরিবনি ঐহাক্তি।

অয়ুক্কী অঙৌবা লৈচিলদা
ৱাহৈ অমনা কৈরাক ওই কারম্মী
অদুবু ওক্তনা লৈরম্লে নহাক্না ঐবু নোক্তনা
ৱাহৈদুগী মনুংদা লোক্তনা লৈরম্লে নহাক্তি।

অচিকপা খূদীংগী কাউবগী নাপোমদা
মচুনা কুয়োম ওইরগা লোৎলনবা হোৎনরুই

চংশিন চংশিন্নুরগা মনুংদুগী মনুংদা
শিবা নহাক্তবু উৱকই অরোইবগী মতোম্দা।

ইরল ওইবা নহাকপু
কয়াদা থাম্লদি লংশেক্রিবা ঐহাক্কা,
মমা মচাগী কুম্মৈনি
শকউদবা কুয়োমগী লংলা অমনা পুল্লিবা।

অমত্তা ঙায়রবা সমালোচকশিংগী নিংথৌরেল
লাইবক্কী মায়খুম্বু লোইবদা হাংলিবা
পীক্তা পীকপদগী চাউদ চাউবা ফাওবগী
পোলোইগী মীংকুপ্তুনি নহাক্কী অশেংবা নশক্তি। ❑

(১৯৯৪)

## ঐগী ঈশৈগী মায়খুম উপ্লিবী মৌনহা

ইঙা থাগী খোঙ্গুল মরক্তা
কুমদম নোংখোংনা পুংলোন তান্না পীরকপ্তে
য়াওরকখিবনি ঐগী ঈশে অদুনা
মহৌশা খোঙকাপ থুগাইদুনা
নঙগী পুক্নীংবু তথকহল্লিবদু
নত্তে ঐগী ঈশে,
নত্তে মদু ঐগী ঈশে।

শম্ভ্রাং খোমজীনবা কাউবমখৈ নহাক্না
নাপগী নোংলিক তৈথোকপা কাউবমখৈ নহাক্না
লেংয়ান নমথাং খোমজীনবা কাউবমখৈ নহাক্না,
তফিং তফিং চংলিঙৈ
অঙৌবা খুবোম্ব উংলুবদগী
নোংজুথাগী লৈরীক্না মক্লপ ওইজনীংদুনা
চাইনা চাইনা চোংলকপা
মদু ফাওবা তৈথোকপা কাউবমখৈ নহাক্না
অখাক অরাউবু কিজবদগী
নয়ুম মায়গৈ পাংবদো
য়াওরিবনি মদুদা ঈশৈদুসু ঐহাক্কী।

হন্দক্কী চহীসিমদি চোংলক্কনি খল্লগী
নহাক্না হাকুম পীরম্বা

কংলুরবা অঙাঙবা থরোদুগী চারদু :
লৈনম খুদীংবু ওমজরবা
ইশামকপু লৈনম ওলহল্লবা
থরোদুগী লৈনমদা
য়াওখিবনি ঐগী ঈশৈদু।

অদুবু হৌখিবা থরো থাদুদা
নহাক্না তনিক তনিক্না
ইকায়না মোমোন তৌদুনা
অসিমতা হেকপীয়ু হায়রকখিবা থরোদু
শাৎলক্কনি হায়বা থাজদ্রে
ঈশৈগী ময়োল্লা কংলবদা ঐহাক্কী।

পোইনু ৱাকচীং য়েনীংথাগী
লেপ্লা লৈত্রবা খোঙচৎসিদা
শাগোল্লদুনা লাক্লবী নহাক্কী
খোঙথাং খোঙথাং খুদীংদা
য়াওখিবনি ঐগী ঈশৈদি।
অয়ো হায়না তেংথাবদা
নতম্বাক্তা মতারবা
ঈশৈ অমা শংবদা
নঙগী শৈথা মওইরবা
থল্লবসু থন্দ্রবসু পুন্সীগী মীংকুপ খুদীংদা
অতৎ-অথম লৈতনা
য়াওখিবনি ঐগী ঈশৈদি নহাক্কী তুবুম খুদীংদা।

অদুবু হন্দক্কী নোংজুথাসিদদি

মহৌশা খোঙকাপ কায়রবী
নঙগী তুখোং থুদীংনা
নিল্লবা ঐগী ঈশেসে,
লেপথিবগুম নহাক্না
কায়থরকপগুম ঐহাক্না
লেপ্লক্রি অসুম অসুম
কংশিল্লকই ঐগী ঈশে
মহৌশা খোঙকাপ থুগাইরকপসিদা। □

*(৩-৫ ফেব্রুয়ারী, ১৯৯৫)*

# মতম কারোংদা লম্মূক্কবা

খোক্লিবা মুশিবা থানা নেম্না তুজুংনা অতিয়াদা
ঙাঙ্গরকই শাংথ-লেংথ বাতোন্দগীদি খরদং বাং,
সনা খোঙনাং অহুমশক্কী শুক্রবা ময়ায় চবুক্কুদা
মরুম পূব্বগী মমিবু শাংনা চাইনা তাহল্লদুনা।

মঙালনা মঙাল নত্ত্রিবা, অমম্বনা মম্বা ওইদ্রিবা
নকশিল্লগস্ শেংদবা থাম্লগা হাবুংনা লাইশাবা
মতম্রি মীংনা তম্লবা, নোংকুপ খরদং শীঙ্গরক্লি
অহীং চাক্তাবা মোংফমগী পিঙুম পোখাদ্রবা থরায়গী।

নোংয়াই চবুক মমৈবাই তু উগদবদি বাংলিঙে,
মফম মফম খুদীংদগী খোরকই অচিকপা তেঙ্গোলনা
লাকখিবা লম্বী কাউরকই মাঙগীসু খুনাম মুৎলকই,
খঙদে হুমাংনা চোৎলকপা থরায়দুগী পিরা নোংলিক্লো।

কোক্তগী তোনফাও ফিরুকখুম চৎলকলি মালংদা তাউবগুম,
লানগদবা বাংলীবনি চীং অনীগী কারক হৌজিকসু
নেমনা শুকই লম্বীগী নাক রাপন-উপন হাবুং পরেংনা
ঙাইহিরি য়োংলগে মতাগুম নৈরক-শুরুং মোংফম চিথেক্তা।

সনা লীকফাং তারমগদ্রা হামেঙ অঙৌবা ওল্লমগদ্রা,
তাংখুল তোম্বা ওইরবদি তাবু অশাংবামা পায় হায়নে,

ছুমু পুৰী ওইরম্লবদি নৈন্নম মনমু নম্লকত্রা,
ফিগাও শাগদ্রা হৌজিকপু লৈচেং চাইবিগীসু ৱাম্নীনে।

লেশখিদরা লৰীসিদা ঙাইহাক নাইতোম ইপাং লাকপ্রা য়েং
তপ্না চেম্লিবা খুরবা তুরেলগী মম্রতোৰ্ব্বানসিদা
নাতোনচাবী মোংশোংলক্তা করি ৱাখলবু খল্লদুনা,
হৌনা লাউনা চেলহৌসিরা চনীংনা লবাই য়েত্রিঙেদা।

থৱান শাদোং তোংলদুনা করম্না থাপ্না চেম্লী অহীং,
থাবলগী খোঙ্গুল মরক্তা করিগী চেম্লী থৱায় মঙা
কদায়দনো তোয়না কৌম্লিবা অহীংনা ফিরাংজী থাদুনা
নোংপোক চীংখৈ ৱাংমসিদা মঙালনা কিনা চেনশ্রবদা।

কেহৈদ্রবা থানা কোমগোম নোংফনেক ফিদোন চিংখংলকঙৈ
খোঙথাঙ মখোল তাদ্রবদা লৰীনা ফকশাং কোনশীম্লকঙৈ
কুরু গুংলবা নুংশিংনা নাকোংদা লাউ-খোংনা চৈরকঙৈ,
ইখোঙ কদোম পাংলসিগে পুন্নমক নাথৈনশ্রবদা। □

*(১৫ মে, ১৯৯৫)*

## ৱাহৈ

মচি মচিদা খোক্লি অনৌবা কয়া
অরিবা কয়াগী মখোয় ওইরগী মমি
ৱাখল্ কয়া পোক্লকই মাঙখি কয়া অমনা
ৱাখলদি থবক্লি থবক্তি ফোঙসোকপনি,
ৱাহৈনা ওইরকই হেন্না অনৌবা।
অদুনা ৱাহৈ, মরূপনি নহাক্সি ঐগীদি
নহাকপুনি ঐনা ঙাইহিরিবা, নহাকপুনি ঐনা থিরিবা
কয়াৎ নাইদ্রবা, সিংলী চেন্দ্রবা
উনা উদবা উদনা উরিবা
পুন্নমক্কী মঙাল তাইবংপানগী থৱায়
ঐখোয়না পান্নিবা খুদীংমক্কী মপু।

মান্নবা পুন্না মান্নদবগী কোমনুংদা নমশীন্নকই
হন্দোকপ্রবা পুন্না তাশীন-খোমজীন্দুনা
অনৌবা মূর্ত্তি কয়া শাগৎলকই;
শাগৎলক্লিবা মখোয় ময়ামগী
ঈ মরিক মরিক্কা হকচাং শীঙ্খুংনা চোৎলকই
ঈগী মনম পুরবা নুংশিৎ অসিনি ঐহাক্না চিংশিন্নিবা থনুংদা।
কারুই ঐনা হাইগৎপ্রিবা গ্রাফকী মতোন অমদা
য়ৌরুরগা অমুক কুমথরকই নৈখা তাবগী লইদা
পুখৎথী খঙহৌদনা অমুকসু অতোপ্পা মতোন অমদা
নীংখায়রক্রবা চীংদোন্না অ য়ৌনা ফুমজিনখিনবা
পুন্সীসি মকোক মতোন লৈত্রবা কৈরাক অমদা

অসুম চেনখৎ-চেহ্ তৌরি মকোক তানবগী লমজেন্দা।

খোঙথাং খোঙথাং ফূকখি অনৌবনি খন্দুনা
নঙন্দা পোদুনা অরিবা পোৎলূম,
লৈরমদে কৈদসু থিবা অসিমুক নুংঙাইবা
থিবদি নৌনা হিংবনি অশিবা অচঙবগী তাইবংদা
থিবা, রাখল, অনীনা শিন্নরকপা থবকসে
হন্না-হন্না মশক ওন্নকই রাহেংগী মচুশিংনা লোকপদা।
মতম অদুদসু ঐহাক্না য়েংখি মাগী কয়াংশিংদা
মৃত্তনা ইরম্মী শেংলবা রাহে —
থবকী হৌফমদি রাখলনি
রাখলগী শক্তাকপদি রাহেনি
থবকী কয়াংশিংবু মুন্না খঙবনা
থুন্নবা থবায়গী ওইরিবনি লৈতেং।

রাখলনা লৈতেং ওইরবা নুংগী শকম মাঙখিনি
থবক্না রাখল তাক্রবা রাহেংগী মশক মাঙলনি
মরূপ নহাক লৈত্রবদা পূন্নমক মমি শাব্রনি;
রাখলনা মশক ওনবগুম থবকসু মশক ওন্নক্নি
মশক হোংবগী লীলাদা নহাক্না ময়ায়দা লৈরগ্রে
মতেং পাংবা নহাক্না মশক লেপ্পবু ওইরগ্রে।
লোৎলিবনি নহাক্তি লঙনবগী মতাগুম
ফংলবগুম নোকহন, মাঙখিবগী অমূক রাহন
নহাক্তবু থিবদা হৌত্রবনি, হৌজিকফাও শাংলবা মীওইবা
করগ্নদি তোক্তনি ঙাইবগী খোঙচৎনি পুন্সীদি অপূনবা
অশেংবা অফবা পূন্সি অদুগা ওইরিবা পুন্সসু নহাক্তি,
লৈরিবা অশেংবগী চক্র অসিমক নহাক্কীদি লম্বীনি। ☐

(২৪ জুন, ১৯৯৫)

## ঐবু ইমা কৌরনু

করি মাওরি ঐডোম্দা ইমা হায়না কৌনবা
ঐবু ইমা কৌরনু, নমানি হায়না নীংলবা।
থম্মোয় মাওদরে হৌজিক্তি মৌগী শীংদা চন্নুরে,
ইশম-ইনা কেমক্রে কুচু-কুমেন মাঙলক্রে।
ইশক ফজে হয়রবা নীংশিংবতা মঙায়রে
শবান নোংগে খন্নবা উনা উনা হোংখরে।

মমা ওইবীসু ওন্নকই মচাশিংগা লোয়ননা।
তম্পাক মথেলবুংসিদা ওন্ন-থোইনা শান্ননা
খোন্নাং হৈরাং নৈহংনা হৈরাং তেক্নৌ মাঙহন্নে।
থবায় হকচাং পম্রেগী ইথোঙ ইথুং পুন্সীগী
ফিজেং-লৈতেং মীয়ামগী, হিংলিবসিনা ইথোনি।
মূনা শাংবা শন্নাংসে তুখৌ মক্তা ওইরক্রে
থুজীন থুয়া অপূম্বা শায় তিংখঙ শায়ক্রে।
উনশা লৈক্রক চংলক্রে মীং নাকোং যায়ক্ত্রে
চানীং-থক্কীং ফাওদরে ইমঙ-ইহা মান্নক্রে।
ঐগী ঈরিক মখেনা ইথা ঈখেংনহন্নে
পাঙ্গল চাউবা নখোয়না ঐবু শেগায়বিন্নরে।
তরু-তরু নওলবা শীঙ্গরিবা ঈখেংসে
কনাগীনো হায়ঙমদে নখোয়গীরা ঐগীরা।

ঐদি হিংলি খনবনি, অহিংবগী পাউদন্নি

শিরস্ হিংলস্ ঐবুদি ইমা কৌরন্।
করি অমুক কান্নরি তেংথা-নাওইরুবগী
'শিজনীংঙ্ঘা ঐহাক্তি কজরবা মালেমদা,
লৈজনীংই হিংদুনা মীওইবগী মরক্তা,
কেমৌ মঙান অসিদা অশাংপা লৈগী লৈকোন্দা
ফংলবদি লৈজবা অহীংবা থম্মোই-লমলেন্দা।'
চিংথোকউনে নৈথেকউ ফোয়দংলুনে থদংলু।
কপ্পা নোকপা তোক্লেদো কখোকপনি মমাদি
নখোয়গীনি বারিবা ঐগীবুদি করিনো।
থাগৎপিরনু ঐহাকপু খোনবিরনু লৈতেংদো
মরু-কোক্র চিংশাংগী পুন্ন-কংল-ঈচেলগী।
করি য়াওরি ঐঙোন্দা ঐগী ওইবা ইহৌশা
অশৈবগী মিতাকম অদুঙৈগী লেন্নফম।
ওইখ্রবনি মীয়ামগী মপাঙ্গেংগী মিহৌকম
য়ুম্বান্নবী নুপীনি ঐদি ঐঙোন্দা য়াওদরে।
নকথী মতম অমদা নাক্ত লৈনি থন্নমী
লাপ্পা নখোয় চংথরে ঐনা কৌবা তাদরে।
করন্নস্ কৌরুনি তারবদা খোঞ্জেলনা
লৈবস্ লৈতবস্ মমি অমতা তান্নবদা।
শাংল-চাউর লৈক্রক্লা খুরক হাংদ চংলবা
লৈক্রক লৌখোং খুদীংদা ঈনা চোন্না চেন্নবদা।
অঙানবগী মায়কৈ তম য়েংলবদা অমম্বা
অহাঙবগী মফমদা হাপ্পবদা অহাঙবা।
কান্নরুনি করিবু হায়রুবগী যজমান
ঐবু শারাক তমদুনা মুন্নরবা মতমসিদা
'পূনশীন্নোনে পামজবা পূনশীন্নোনে থম্মোয়স্
অনীংবস্ পূনশীন্নো মপুং ফানা তিন্নরো।'

পূনশীনবগী খোঙ্খোকপু হিংমিন্নবগী খোল্লাউবু
তাবীনবা লৈত্ত্রবদা হিংসানা ন্নায়েন তৌরবদা।
চীঙ্গোন্নুংদা চংবদা থন্নায় মমি শান্নবদা
তমগোন্নুংদা চৎপদা অকি-তুজুং পোক্রবদা।
লৈকায় অমা লানবদা থাজনবা লৈরক্ত্রবা
মীনা মীবু উরগা শাদগী হেন্না কিনরক্লবদা।
ঐবু ইমা কৌথিনু, কৌগে হায়না নীংলবা
চান্ন-চিন্ন লৈবগী অনৌবা পুয়া ইরকখো। □

*(১৩ আগষ্ট, ১৯৯৫)*

## খেমগংপা

ঐগা ঐহাক্কী থৱায়গা
মতম্না ওইবা থোংসিগী
ৱাংমা ৱাংমদা লেপ্লগা
অমত্তা ওইনবা হোংনরী।

ঙাইবা হৈতবা মতম
নঙনা হল্লকপা থোক্লবা
উরগা ঐগী ফীবম
চেনখিদ্রা অমুক লাক্কনবা?

তোংদুনা লাক্লবদি নহাক্কা
পেরাবোলা অমগী মনমদা
ঙাইরমগে নঙবু ঐহাক্কা
কোনগা কক্লফম মক্কুদা।

হৌজিক্তি হকচাংসে নহাকী
অনী থোক্কা থায়রগে
অমনা থৱায়গী অমনা হকচাংগী
অফংবা অসি পায়রগে।

ঐগী শরুক্কি খল্লগা
ইনাক্তা লৈবা মতম্না

থৱায়গী মতম য়েংলগা
মপি শীম্বুরি করম্না?

মাঙখ্রবরা থৱায় নহাকপু
ব্লেকহোল অমগী মনুংদা
থনম্ব্রগা নপাংসে হৌজিকপু
ইভেন্ট হোরাইজন অমদা?

তাইবংগী থৱায় মঙামক
থেমগৎকে কু কু চঙলকউ
মীগা থারগা তরূকমক
মতম নহাকসু য়াওরকউ। □

(১৫ জনুৱারী, ১৯৯৬)

# গোন্দলা অমসুং কোক্কী লৌখোংশিং

থম্মোয়সিদি মহৌশাদগী অসুম্বক
খগুগুমদ্রবা সমুদ্রনি পাক্রবা,
ঐহাক হৈজিক করি তৌনি
হাঙল তোর্ব্বান কোকসিনা
লৈকঙলাগুম থকপা হৌরক্লবদা নহাকপু।

নুংশিনা ঐনা অমতা ওইনা
কোল্লুই নঙবু হাপ্রগুম ইথাদা,
ঐহাক হৌজিক করি তৌনি
ঐগী হকচাংদা মহু কল্লবা
নয়া লীশীংনা চিক্রক্লবদা।

কয়াদি তোয়রে মখোয়না নঙবু
লৈমায়দা করাগ্র ইথুরিবা,
ঐহাক হৌজিক করি তৌনি
শাগ্নখিদ্রা নতম্বাক্তা নত্রগা
হিপথগদ্রা হৌজিক নথক্তা।

পুন্সী তংখায়মা লেল্লক্লে তোয়না
ইশাগী ইমিদা খৌশাদুনা,
ঐহাক হৌজিক করি তৌনি
লেনবা তারবদা লেমহৌরিবা পুন্সী

নমিদা শুমহৎনা খৌশাজদুনা।

নঙনা ইনাক্তা ফম্ন্রিফাওদি
চৈবনা নঙবু ওইরম্মী ইথৌ,
ঐহাক হৌজিক করি তৌনি
খ্বাইদগী হান্না নঙণ শকপনা
ওইরবদা ঐগী পুন্সীগী ইথৌ।

অঙাওবা খুদীংবু চৈবতনা
অপেনবা ওইরম্মী শিংলবা ঐগী,
ঐহাক হৌজিক করি তৌনি
অঙাওবা হায়বা বাহৈ অদূতনা
অশিংবগী মশক্তু ওইরক্লবদা।

নঙবুনি ঐনা খৌশাদনা তৌরুবা
মচি লেঙলরোই হায়না খন্দুনা,
ঐহাক হৌজিক করি তৌনি
নহাকপু খঙবতনা ইথৌ ওইরবদা
খঙহৌদনা চৎখিবা য়াই খল্লুবদা। ❒

*(৩ ফেব্রুয়ারী, ১৯৯৬)*

## ন্নায়েন

ঈশিংনা কল্লী, নুংনা থোংলী
ঈশিংনা নুংবু ফাওগে হোৎনখী,
নুংগী ফক্লাংসে কলহনগে থম্লবা
তঙায়ফদবনি মখুল অমদি হুৎপা :
অসুন্না নৈরম্মী অহোবা, ঈশিংনা ফাওনবা
অকনবা নুংগী ফক্লাংনি
ঈশিংগী হকচাংনি থোংলবা। ☐

(২ জুন, ১৯৯৬)

## মচুশিং ৱাহৈশিং

(মেশেল হাংনবদা মীৎয়েং অমা)

চীংশাংশিং লোকশিং তুরেলশিং পাৎশিং লম্বীশিং খুনশিং
অমুবা নোংদুম অশংবা ফৌনা অঙৌবা ঙাশিং —
মচুশিং
য়ানসিনবিরম্রে মচু পাত্র অমথক্তা,
য়ুথরক্রবদা, নমখায়দুনা চেঙ্গুরকই
ঙসিদি কয়াদা কম্লক্রবনো ঈচেলসে
ওইরমগনি মসিদগী নুমিৎ থা থবান মখৈনা
ঈরুপ্পী শাম্লবা য়াওররিবা ইনাক্তা।

অহনবা য়ুমশিং মম্লবা খোঙ-খোঙনাওশিং শোঙলবা ইংখোলশিং
চাইরিবা মীয়াম কায়রবা থম্মোয় তরুবা মীৎশিং —
ৱাহৈশিং
হাপচিম্লম্মে ঙম্রা ৱাহৈ পাত্র অমথক্তা
পোকখায়রক্রবদা চোংথোক্নুনা চেঙ্গুরকই
অসুম অসুম কয়াদা কম্লক্রবা শহুমসে
ওইরমগনি মসিদগী নোংলৈ-নুংশিৎ মখৈনা
অমাং-কৈরোয় তাম্লবা য়াওররিবা ইনাক্তা। □

*(৩, নবেম্বর, ১৯৯৬)*

# ঐ অমসুং ৱাহৈ

ৱাহৈশিং শেম্বিরিবনি ঐহাক্না
হান্নদি ৱাহৈসি
মী তাদ্রবা থরায় য়াওদ্রবা
তাইবংপান অমদুম ওইরম্বনি।
ৱাহৈবু পীনরিবা মীওইবসে
তূমদুনা লৈথোক্লি
খঙলবসু খল্লুদনা
চরোং য়াঙ্করিবা উহৈ, থোক্লিবা থরানমিচাক
ৱাহৈনা ওল্লকপা।

ৱাহৈশিং শেম্বিরিবনি ঐহাক্না।

চেনশীন্নরকই আশ্রমগুম
কোনসিল্লি মখোয়বু নুংশিনা ঐহাক্না
অমূকসু মাঙহল্লি অমূকসু শেমগৎলি
ৱাহৈশিংগী তাইবংসি
থোকখিবনি ঐহাক্কী লূ-তোংদগী
ঈ মরিক মরিক্কুগী,
অদুনা ঐহাক্না
পুনশিল্লি মখোয়বু ময়েক শেংনা তরুনা
ময়োম কয়া থোক্না চেংনা।

ৱাহৈশিংসি কাতিনি
খঙবগী মনুংদা য়াওরিবা খোয়রিনবু

চিংথোক-চিংথোক্না চপথংলিবা।

রাহেশিং অসিগীসু নৈরিঝনি পূঙ্গী অমা
জ্ঞান তাবা মতাং য়ৌরক্রবদা
পুথোকপীরি ঐবু মীয়ামগী লক্তা —
রাহেশিংসি অগুকপনা থল্লি
অসুম হায়না থল্লী ঐনা
রাহেবু শেম্মীরিবা মীশক্
ওইজরবসু ঐনা। ❑

*(১৩ জনুৱারী, ১৯৯৭)*

# অহীং লোইদ্রি নীংথিবী

(১)

পুক্নীংদা নীংলগা নীংবতনা থন্নবা
খণ্ডলমগনি নহাকসু
নঙ ঐদা নত্তে লৈরিবা।

মীংকুপ অমদি চিংনখি
থেঙলবা মতমসিদা লাক্লিবসিবু মহাক্ননে
নত্তমানে থন্নকখি, মাবু অসুম তৌবরনে
কমদৌনা লাক্লিবা কৈদৌঙে লাক্লিবা
শেংবু শেংলবরা লাকপসে

মহাক্তি চীংলোন মাপলনি
লোক্তাক্তি, ঈশিংনি, নুংশিংনি, মঙালনি
ঐনি, নহাক্তি, লৈবনি, য়েংউ –

মহাকী শন্নাংনা অমম্বা অহীংনি
মায়থোংনা মথোং কারক্লিবা থানি
ইথৌলাংবা পুন্নমক্কী তুংনফম
অপাম্বা পুন্নমক মখা পোল্লিবনি
অপাম্বা পুম্নবু হৌদোকপিরিবনি
চঙখোল্লবী মহাকসে
থবায় কয়াগীনি মোংফন্নি।

(২)

অহীংগি হৌরকপদা মঙায়রি —
কনানসু তাবীদ্রে ঈশৈদি
তাদ্রসনু তাদ্রসনু ফরে তাদ্রসনু,
করিগীনো অশিল-অরাং য়াওদবসিবো —
কনানো মরুমদা
মহাক্তা রারী শানরিবসিনা?

ঐ খওদে ঐ খওদে ঐ হৌবদগী করিমত্তা খওলক্কে
ঐনা খওবা হায়বনু
হৌজিক ঐনা লেপ্লিবা মফম অসিদা
য়াওদে অমকপা মচেৎ অমা ফাওবা

কোক্তা হাইগৎলকপসিদি

মীৎনা উরিবা পৃম্বা মশেনমরাং তৌরক্কে
খোঙফম চুম্না লেপ্পা ঙম্রক্তরে
তুরবা য়াই ঐ তুরবা য়াই, ঙাইখো

ইপা লৌনি য়াম্লোহে
ইপু লৌনি য়াম্লোহে
খুঙাউবা লৌনি য়াম্লোহে
নশাগী সেনিটি কনগে হায়রবদি
খরা ঙাংথোকহৌ নত্ত্রগা ইথোকহৌ,
তৌশিন্নবা মতম্রি।

উরবরা মায়থোং অসে

চান্না চান্মনা খুজীং ওই মচাশিংবু থাখিবা
মোংফমদা নত্রুগা কৈগুমশগুদা।
ক্ষীজোল ত্তোয়না ষোংলবি,
ওম্রোক্রা ফজৈ মহাকসে।

করি হায়না ইয়ুখে, ইববুদি ইরগে
অসুম হায়না ইসিন্না —
শৈরেংগী লোলদি নোংমৈ মন্নানি।

অদুদি নীংশিং নীংশিং কপ্পনু —

অা ইবেম্মা
লংমাই শারমনিদি লৈম - ও
লাংবন উচিখোই খোন্দানবী নুরা - ও
শজিফু লৈথোং ফাংমীব্রসি
কুমজা লকয়েন তাইমিব্রসি . . .
লাইফিনা খোইদোগ্ন
ফিমুনা কোকশেংনরদনা,
হাওদৈ অয়াকপা
রাংলৈ রাংলৈ হান্নদনা,
নপলগী খালে মরৌচা অচৌবদা,
মালেম লৈথোং কাওববু,
য়োংলৈ নোংখাং কুপ্পবু
য়োংলৈ মশীং কয়া গুরবগে
নিংত্তোল ওইবী - ও
নপাউ শেংনা তম্মুগবা, ইবেম্মা।

নহাক্কী মরমদা ইরগে
অদুবু করম্নদি ইগনি —
নহাক্তি থক লেপ্তে
শকফম তত্তনা হোংই।
লেপ্তবা শকফমদা ইসিরা?
মথংগী মীংকুপ্তা লানগনি।
নত্রগা নহাক্কী হকচাংসিবু মতুপ কয়া থোক্লা
খায়দংলগা, মতুপ খুদীংগী ৱারেং ইসিরা?
নত্রগা মতম্বু ঙাইনা ঙাইনা ইসিরা
করম্নদি ইগনি?
ঙাইবসু চংপনি, চংপসু ঙাইবনি
হৌজিকসু হয়েংনি, হয়েংসু ঙরাংনি
অহৌবসু অরোইবনি অরোইবসু অহৌবনি
করম্নদি ইগনি?
ময়েক শেংনবা, মঙালদা হল্লা য়েংসিরা
অদুগা ওফক্লারংনি হায়সিরা?
করিদি তৌগনি
অতপ্পা খোঙথাং অমনা
তুংদা তল্লা লাকদবা লৈরবদা।
অতপ্পদা অয়াঙবা অয়াঙবদা অতপ্পা ইসিরা?
পূনশীনবা ইসিরা থুগায়বদা
নহাক্কা লৈরিঙে অহীংসিনা হৌদ্রিঙে? ☐

(১৬ জনুৱারী, ১৯৯৭)

# অচম্বা শৈরেং

মৈবু ফিনা কুপ্তুনা কয়া কুইনা থমখিনি
মীগী অশোয়বা ঙাক থিদুনা কয়া কুইনা হিংখিনি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

ইপা ইপুগী খংনবা তোক্লসি ঐখোয় পুনবা তম্লসি
মরৈ তৌনবা লেপ্লসি অপুনবগী লোলবু শেম্লসি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

মীপান তাংদুনা লাকপনা মীবুনা লাই ওইনা মখনবা
ঐখোয় মশেল হায়রদি উশীংনদবনা অনীপুনয়াদ তোক্লসি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

নিংথৌ পাল্লিঙৈ নিংথৌনা চাউ মন্ত্রীনা পাল্ল মন্ত্রীনা চাউ
অচা পৈশা থৈবদা মীরম মখে চাওখংখ্রে
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

লৌনবতা হোৎনবা তোক্লসি মতেং পাংনবসু তম্লসি
পৈশা পায়রা মীচং কল্লগা অকনবা শকপা লেপ্লসি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

মীগী মপোৎ মুনবনা অকনবা শকপসু তোক্লসি
মথায় থায়নগী ব্লাফস্ত্রি হুরানবনা নীপাঙম খল্লরিঙেনি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

শেনখায়-থুমখায় হাকমক্রে মীশী-মীনা তোয়মক্রে
খুৎলায় পায়দবসু ময়েংসি মীশীং য়ামজ্জদ লৈবাক্তি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

লালহৌবসু হৌদবসু ৱাখল অমতং খল্লরসি
ঐখোয় মশেল হাৎনবসে তোক্করসে কৈদৌবগে
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

চীংদা মৈতৈসু তাসনু তমদা চীংমীসু তাসনু
চীংমী-তম্মী খায়রগুমসি অনৌবা চীংলৈবাক শেম্মসি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

চীংনা হকচাং তম্না থবায় খাইদোক্লবা য়াদবনি
চারৌ-মোরৌনরসিনে চাওখৎপগী লাইনীং লৌরসি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

মণিপুর মমিংনা চরোং য়াল্লবী অপুনবগী মিংবু কৌরসি
খুৎকী লনবু খণ্ডদবনা অতৈ লনবু থিবনি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

পীকচম্ববা লমদম্রি য়ামখিদ্রবা মীশীংনি পুনশীনবতনা পাঙ্গলনি
পুনশীনবগী ৱাখল খনববু করিগী অদুক ৱারুনি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

অনৌবা চহীচা লাকপদা অনৌবা মশক পুরক্লসি
থাজনবা তম্লসি নাইতোম তাহৌবা কৈনা চাই
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

থবক্কী পুন্সী হৌরসি মীঙোন্দঙাক তাইনবসু তোক্লসি
চীংদা সনা থারসি তমদা লৃপা লোক্লসি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

রাখলনা কৌক্র চীংদোল লোম ফীবন্না খাইদগী তুংথংবা
রাফম অসিবু নীংশিংদুনা মীমান্ননবা অমুক্কং হোৎনরসি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

খঙদবা মকোল থুগাইরসি লৌশিংগী মরূপ লিংলসি
অফ-ফত্ত পুথোকপশিং হাত্তোক্লবা তৌরগুমসি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

রাখল মুন্না তৌরসি ঈগী ঈবু কল্লসি
তিনসিনবা য়াবা তিনসিনক্রে অনৌবা মশক লেপ্পসি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

মমল থন্নসি ঈকায়খুন্নবা ঙাক্লা চৎনরসি
মীওইবগী তাঙলবা লন্দি ইশাগী নীংখা তম্বনি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

অফ-ফত্ত হায়বা অমা খুদীংমক থনবা তন্নসি
ইশাগী নীংখা তম্ববু লান্না শীজিন্নবসু তৌগুমসি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

শানা-ঙানা লান্দাবদি মবুক লান্নবা মতমদনি
তাইবংমী ওইবা ঐখোয়না নুংত্তিগী চীক্লবা তোক্লসি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

আইনগী ৱাফম থমখিসি মীওইবগী হাল্লা খনখিসি
তরানা অচুম্বা ভৌরম্ সি তরানা মতুং ইনবনি
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি।

তোল্লবা ৱাকমা ঐহাক্লা অচম্বা শৈরেং হায়জবনি
অয়োন-অরান ঙাকপীয়ু খঙজদবনি খনবীয়ু
ইশাগী শোয়বসু থিরসি অনৌবা পুন্সী হৌরসি। □

*(১৬ ফেব্রুৱারী, ১৯৯৭)*

## শরিক খীংলি

মোল্লবা মণ্ডগী লৈনা খুবাম খুবাম পায়দুনা
মহৌশানা কাউগনবা পুন্সীগী ঈচেলসিদা
চাইথখি,
তাউথখি করিগুম্বা লৈনম ওইনা
করিগুম্বা সুরগী হিনাউ ওই —

তাবদি লেপত্রি
শরিক মখোল
শরিক খীংলি, হৌজিকসু খীংলি
শরিক খীংলি, হৌজিকসু খীংলি।
ঐ কাউরুই অমুকসু
শীক্লাইগুম লুরবা ঈচেলনা
চেল্লকপা য়াই মৈ মহী ওইনা
লৈনুংদগী খোরকপা।

খীংলকখিবনি শরিকসি থায়না মমাঙগৈদগী
হেক হেক খীংলি হৌজিকসু
লেপ্তে করিমত্তা, লেপ্লোই করিমত্তা
ঐনা লৈত্রবদসু
খীংহৌখিনি শরিকসি ।
মদুগীনি ৱারিবা
তানহৌখিনি শরিক মখোল

মীওইবগী হিংবগা মায়োক্লরিবা
খুদোংথীবগী শরিক মখোল।

শরিক মখোল অসিবু
তত্তুনা তারকপা অসিনা
হৈনরবনি নত্ত্রগা হৈনহল্লবনি
অচৌবা অপীকপা খোঙ্গাং কয়া অসিনা
মালেমসিদা
হিংবগী অর্থ অমসু হাপ্লিবনি।

শরিক খোঙ্গাং য়ৈদ্রবা
খুদোংথীবা শহুম ফংদ্রবা
মালেমসি স্বর্গ ওইরক্তদ্রা
নত্ত্রগা হোংবা নাইদ্রবা
নরক অমা ওইগদ্রা?

স্বর্গ নরক থাপ্লা উরি
মীকপ মীরাওখোল নক্লা তারি
শরিক খোঙ্গেল কনখৎলক্রি
মঙগী নৈনা খুইথরক্রি,
কাউবা নীংশিংবা মতেক-মতেক্লা
শান্নবা পুন্সীগী লীলানি
শরিক থীংলি, লেপ্তুনা থীংলি। ▢

(২২ জুলাই, ১৯৯৭)

## লাকখো অমুক্তদি

নোংমতং ওইরবসু কপমীন্নসি ঐখোয়
শক্না শক্না উনরগা
হন্নাও হন্নাও ফম্মীন্নরগা।
শকউদবা খুৎ ময়ান্না
চিংথোক্কদবগী ঙাইন্নবসিদা
অমম্বা ফীজং মরুমদা।
ঙসিতা ঙায়রে ঙন্নাংদি চংগ্রে
হৈত-হৈত হিংলগ্রগা
কপ্পা-কপ্পা ওইনরদুনা।
থাংথবা ঙমদনা নৈন্নিবা মহাক্কী
অবাবা পোংলুম পীবিরগ্রগা
পাপচেন্নবা হয়েংগী কোন্নৌদা। □

(৫ সেপ্টেম্বর, ১৯৯৭)

# শিবসু তাই হিংনবগীদমক

চক্রসু চীংশাং কংলসু লোক্তাক
ঐখোয়গী মণিপুর মাঙবা য়ারোই
ওইজ-খিবা চাউজনীংখ্রে নহাক
নোংমা শোয়দনা মাঙদবা য়ারোই।
পনত্তাকপা চীংলোন মাপল করিগী
ওইরক্তি ওসি তমথীরবা লিন,
পুন্নবা ঈরিক চীং-তম অনীগী
করন্না তোখাই তারকই তুমীন।

অপুনবা শক্তম কায়হনবা পাম্বা
মচেংনা মপুম শাবা হৌনদে,
মহৌশা ফাংখিবা ঈচেল পুম্বা
হৌজিকমক পুন্নপ পুনবা য়াদে,
শরৌ চঙত্রিবা চীং-তম নহাক্লোল
ঈ পীরসি ওাইদনা অহক্লোল। □

(১২ সেপ্টেম্বর, ১৯৯৭)

# মখোয়দগী করি থোক্লিনি

মীনসু হায় ঐনসু হায়
মণিপুর ইমা লৈবাক্কি
লমদমসিদা পোকপনি লমদমসিদা চাউবনি
তৌনিংবতা ইনীংনি।
ইমানা হায়, থাগ্না চংথোকখিবনু ইমাগী ইবুংঙো
মীনা ঙাংলসু খুম্মু
অহীং নুংথিল থায়দনা সিফায় ময়াম চংপনি।
মীসু অদুম মচংলী ঐসু অদুম মচংলী
সভা মিটিং কনফরেন্স সেমিনার সম্মেলন প্রোসেসন
চিখদে অমত্তা করিনা ঐসু লমদমসিগী প্রজানি
নীংতম্বা ভারতকী প্রজানি সংবিধাঙ্গা পীবা রাইটনি।
অদুবু, চিংনবগী মমিংদা খুদাং পায়দুনা চিংথোকখি
চেক তৌরিবনি হায়দুনা নিংথমখাগী অয়ুক্তা
ফুরিৎ ফিরোল লৌথোকহল্লি লেঙবা খোংপা য়াহন্দে।
মরোল-মরী খঙদনা নাক য়েত্তগী হুংলকই
হিন্দী খরা খঙবসু
পঞ্জাবীনা ঙাংবা হিন্দী, বিহারীনা ঙাংবা হিন্দী
খা-ভারতনা ঙাংবা হিন্দী, গোরখানা ঙাংবা হিন্দী
ভারতকী হিন্দী ময়াম্না মায়গৈ সলাই খঙদনা
মায়দা মীৎতা থাজিল্লকপদা পলেম ইমা উরকই
মণিপুরী মণিপুরী শোঙ্গরুই
কবি সম্মেলন শোঙ্গরুই মীচম প্রজা হায়জরুই

তীর্থ অহুম মরিগী মমিং কাবক পঙক্রই
নারান তুরান বেদ পুরান
থোকখী চিন্দগী মরী মরী।
নোকশীন্নকই খাক্না খাক্না —
কৌনসা পার্টি বোলো সালে
পৈশা দেগা রম দেগা নহাৱোলকা পতা বতাও
ঐনা হায়রে —নহী মালুম নহী মালুম
তাবিবা কৌবা নৈথিদে —
ক্যা নহী মালুম তুম সব উগ্রবাদী হো।
নিংথমথাগী অয়ুক্তা
ঈশিংদা অমুক নীচেনা অমুক
বটনা অমুক খোঙপাক্না অমুক।

সীগী বারীসিদি করিসু নৈত্রে :
ঐদি অচম্বা মীওইনি,
ইমা মণিপুরগী মচানি
লোয়শঙদা থবক তৌবনি মীয়াম তিনবা য়াওবনি
ঐদি অচম্বা প্রজানি। □

*রামনগর চুকো, কংয়াক*
*(২৮ দিসেম্বর, ১৯৯৭)*

# খণ্ডহঞ্জবা

১। 'মঙালগী মমি, অহীং
অশিবগী মমি, পুন্সীনি' (*ফোঙদোকপা*, লাঃ ১, পরেং, ১৭-১৮)
পরেং অনীসি মখাগীসিদগী হন্দোকপনি :
Night, the shadow of light,
And life, the shadow of death.
A. C. Swinburne, 'Before the Begnning of Years'

'অহাঙবদা তুমশিন্নক্রবা অশিবা মশাঙম' (লাঃ ২৮) মতম অসি এরিষ্টোটলগী 'পোয়টিক্স' তা ঙাওরিঙেনি। মরিঙবা পন্দুপ্তা য়াওবা 'খাইদগী তুক্কচনরবা শাশিংগী মশক-মওং অমসুং থরায়-য়াওদ্রবা হকচাংশিং' (হন্দোকপা : বি এস রাজকুমার, পোয়টিক্স, লাঃ ২৭) হায়বসিগা হীরমদা নন্ত্রগসু শক্তমদা থরা মরী লৈনখিবরা খল্লী; হীরমদদি 'এক্সপ্রেসনিজম' না অচৌবা শাফু পীখিবা লৈ।

২। *য়ুমদগী পাউ* (লাঃ ৭) : শৈরেং অসি সাগর বিশ্ববিদ্যালয়, মধ্য প্রদেশতা ঐহাক্না লৈরিঙেদা ইজখিবনি। মণিপূরগী ই-পাউশিংনা অকনবা চৈথেং পীখি।

৩। *মীৎকুপ অমগী থরায়নুং* (লাঃ ৯) : অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অমনি। য়ারী অসি ঐঙোন্দা ইমা পোকপা ইথৌনা লীবিখি। হিংবব্ করিনো? চিং লাউরকপা মীৎকুপ্তু পুন্সীনি।

৪। 'ঙসিতনা অথোইবনি নুমিৎ পুম্নমক্কী মনুংদা' (*কাথেক্রবা মখাকশিং*, লাঃ ১২, পরেং ২১) — পরেং অসি ঋগবেদগী শরুক অমদা থেংনখিবনি। চপচাবা মফম নীংশিংবা থোক্রে। ইংরাজীদা 'Today is the day of all days' হায়খিবগুম তৌব্রা খল্লী।

৫। 'নাম্ভোকফদ্রবা চৈরাক্কী' (*মায়থোং অনী, লাঃ ১৪, পরেং ৫*) হায়বসি ইংরাজীগী nemesis হায়বদুনি।

৬। *মীৎকপ থোকপা* (লাঃ ১৬) হায়বা শৈরেংসি মগু অমখক্তা যুম্ফম ওইখি। ঐগী মগুদা গঙ্গা তুরেলগী তোর্বান্দা নীংথিজরবী মখোক কারক্কিবী অমখক ফিনা কুপ্পা থুংদ্রবা হকচাং, সনা ফুদোংবা কুচু, ঈমায়দা চোংলিবা ঈথক-ঈরং কোন্নবা উখি। মীৎকপ থোকপদদি নীশিংবতা গুায়হৌরে — মতমদুদা ফাওখিবা পুক্কীংগী অপেনবদু চপ-চানা ফোগুদোকপা গুমখিদ্রে। শৈরেংগী মতাংদসু ফাওবা অমসুং ফোগুদোকপা অনীসি ওল্লোক্লা নীংগুমদনা অমত্তা ওইয়ু য়াদবা মতাং য়াওই। মদুতবু শেম্বদা অচৌবা থবক অমা ওই। পুক্কীং খুদীংমক্কী চানবা রাহৈশিং ময়েক শেংনা লৈরবদি কয়াদা নুংগুাইগবা।

৭। *অফবা ওইবসি* (লাঃ ২১) অমসুং *শিবসু তাই হিংনবগীদমক* (লাঃ ৯৩) অনী অসি সেক্সপ্যারিয়ন সোনেটকী রাইমগী মওংদা ইবনি।

৮। *তুমীন লৈবা* (লাঃ ৩১) ঃ 'দেবিদকী থরানমিচাকশিং' (পরেং ১৬) — হিটলরগী মতমদা জর্মান জ্যু খুদীংমকপু মশক খগুনবা হায়দুনা থরানমিচাক য়েকপা ফি অমমম পাম্লোমদা য়েংলহনখি।

বেষ্টিল — থায়নগী পেরিসতা লৈবা লানবন অসিবু ফ্রেঞ্চ রিভোল্যুসনগী মতম ফাওবদা কৈগুমশগু অমা ওইনা শীজিন্নখি।

'রোম সহরদা চাক্তারবা চেক্লাশিংদো অহীংগী' — রোমন সভ্যতাগী লোইশিল্লকপা শরুক্তা বার্বেরিয়নশিংনা লান্দারক্তুনা মাগুহন-তাকহনবগী থবক চংথখি। রোম সহর অসি ৪১০ খৃঃ মাঃ দা মখোয়গী খুৎ চনখি।

'উনবা য়াদ্রবা স্কোর্পিয়ন অনীবু' — জীব অনীসি পুন্না থম্বদা অমনা শিগ্রিফাওবা লাঙ্গেংনৈ।

৯। ঐতিহাসিক-ভূগোল (*মায়খুম,* লাঃ ৪২, পরেং ১৭) ঃ Historical-Geography হায়বা সবজেক্ত অদুবুনি। হীরমসিনা কোনবশিংদু মফমসিদা খগুনরি।

১০। *লাল গুম্না* (লাঃ ৫৬) ঃ নাপু মচু অসি পাগুদবা, অকিবগী মচুনি হায়না লৌনৈ।

১১। 'চীং অনীগী কারক হৌজিকসু' (*মতম কারোংদা লম্মুক্লবা,* লাঃ ৬৭, পরেং ১৪) চীংগুা মশীং গুরিগুেগী, থরা কুইম্নবা মতমগী রানি। পিগুম তাখিবা লম্বীসি য়াম্না কিনৈ হায়। প্রমাণ ওইনা শীজিন্নবনি।

"থরান শমলোং তোংদুনা . . .": কিনা চৎলিবা মহাকপু অমুক কিনরক্রবদা লম্মুক্রবা হায়বসি থোরকই।

১২। *ঐবু ইমা কৌরনু* (লাঃ ৭১) ঃ 'শিজনীংঙ্গ ঐহাক্তি . . . থম্মোই লমলেন্দা।' পরেং থরা অসি রবীন্দ্রনাথ টেগোরগী শৈরেং 'প্রাণ' হায়বদুগীনি। *রবীন্দ্র নাচোম : অহানবা শরুক*, সাহিত্য অকাদেমী, নিউ দিল্লীনা ফোঙবা লাইরিকদা য়াওবা রাজকুমার সুরেন্দ্রজীৎনা মণিপুরীদা হন্দোকপা অদুদগী লৌথোকপনি। মসিগীদমক মখোয়গী লমন তোঙ্গরে।

'পুনশীগ্লোনে পামজবা . . . মপুং ফানা তিন্নয়ো।' পরেং থরা অসি ঋগবেদ, ১০/১৯১- ৪গী শরুক্তি। স্বামী যতিশ্বরানন্দনা খোমজীনবা Universal Prayers, Sri Ramakrishna Math, Madras, 1997, p. 43 দগী লৌথোকপনি। লমন কোঙদোকচরী।

১৩। থেমশংপা (লাঃ ৭৪) ঃ কোন – *Eng.* Cone; ইভেন্ট হোরাইজন – *Eng.* Event Horizon অসি ব্লেকহোল অমগী অহৌবা ঙমখৈ খঙনবা মিঙ্গৌনি। সাইন্টিফিক টর্মনি।

১৪। *গোন্দলা অমসুং কোকী লৌথোংশিং* (লাঃ ৭৬) ঃ ভেনিস সহরগী লৌথোংশিংদা হোল্লিবা হি মচাশিংদু গোন্দলা হায়না খঙনৈ। শৈরেংসিদা গাজলগী মমি থরা তাবা থেংনবিগনি। শৈরেংগী মমিং অসি পাওনা বাজারগী মতম অমগী গোন্দলা হোটেলনা পীখিবনি।

১৫। *অহীং লোইদ্রি নীংথিবী* (লাঃ ৮২) ঃ লাই হরাওবগী ঈশৈশিং অসিগী ওইনা ওজা বাহেংবম লুখোই অমদি শ্রাংবম কুমার মাইবী অনীগী লমন তোঙ্গরে। মরুওইনা "আ ইবেম্মা . . . তম্মুগবা, ইবেম্মা।" হায়বা পরেংশিং অসি শ্রাংবম কুমার মাইবীগী কংলৈ উমংলাই হরাউবা, থম্বাল অঙৌ দেবী, ১৯৮৮ দগী লৌথোকচবনি। তৌবিমল খঙবা উৎচরী।

ওফক্লারং – *German.* aufklarung, মতম মতমগী মকোক থোংবা রাখল অমসুং থবক্কী ঈচেলবু খঙনৈ।

১৬। *মখোয়দদি কনি থোক্লিনি* (লাঃ ৯৪) ঃ শীংথাবিবা খৌদোক অসি ইশামক্তা থোক্লিবা ওইরবসু মীৎমক্লদি উরবনি।

# শৈরেংগী অহৌবা পরেংশিং

ওমৈ ওঙ্খৈ অমগী চিনাইদা/১০০

# ওমথৈ অমগী চিদাইদা

## (১৯৭৩-১৯৯৭)

বি এস রাজকুমারগী অহমগুবা শৈরেংগী লাইরিক্তি। শৈরেং রাখোমাথোই য়াওবা চহী কুনমরিগী মনুংদা ইখিবা (১৯৭৩-১৯৯৭) শৈরেংশিংগী খোমজীনবা লাইরিক অসিদা মণিপুরগী ফীবম নৈনবতা নত্তনা পুন্দী অমসুং রাখলগা মরী নৈননা মনুংদা য়েংসিন্নবা হোৎনবা, শিবগী মতাংদা মীৎয়েং থম্না লোয়ননা লিরিকেল অমদি নেরেটিবকী মওংদা চৎথবা মখলগী শৈরেংশিংসু যাওরি। মহাক্কী অতৈ ফোঙহনবা লাইরিকশিংদি শৈরেংদা অমুক্কী মণি-মুক্তা (১৯৭৫), থাগলবা লমদম কয়াদা (১৯৯৩), ইংবাজীদা হন্দোকপা **The Waves** (১৯৯৫), মণিপুরীদা হন্দোকপা এরিষ্টোটলগী পোয়টিক্স (১৯৯৭) অমসুং প্লেটোগী পাউদম (১৯৯৭) অসিনি।



রাজ পব্লিকেসন্স